# নির্ঘণ্টক।

*অহানবা "খোন্থোকী মখল পুথোকপ"দা নং ১ দগী নং ৬১ ফাওবা য়াওখ্রে। অৱাৎপা হাই-জগে।*

* নং ৭৩ অসিগী মতাঙ অসি হান্নবা পাররুগা অতৈ কোন্না পাবীয়ু।

## পরিশিষ্ট

---

## অকথিতং।



---

ছাপা ভ্রমদি শেংদোকচন্দ্রে লামাই ১/০ গী পরেং ৩ শূবদা য়েংবীয়ু। সন্দেহ লৈবীরগা খুৎয়িদা য়েংবিগনি।

অনুমকপু লমাই ||০ গী পরেং ১৪ শূবদা শেল 'পুরীবা' হাইনা ছাপা ভ্রম তোৗ্রে। পাঠক বর্গনা "শেল পুরিবা" হাইবিয়ু। খুৎয়িগা ছাপাগা বানান খ-র শোঙ্গনবা, ছাপাদা চৈতপকী মকোক মমৈ য়াওদবদি দোষ ঙাকপিয়ু। প্রথম সংস্করণনি।

# ভুমিকা

## ওঁ গনেশায় নমঃ।

(ক)। শিক্ষা, কল্প, ব্যাকরণ, নিরুক্ত, ছন্দ অমসুং জ্যোতিষ হাইরিবা মখশ তরুক অসি বেদগী অঙ্গনি।

শিক্ষানা বেদগী নাতোন্নি, কল্পনা (ন্যায়না) খুৎ অনিনি, ব্যাকরণ-না চিনি (মুখনি), নিরুক্তনা নাকোং অনিনি, ছন্দনা খোঙ অনিনি অমসুং জ্যোতিষ শাস্ত্রনা মিৎ অনিনি হাইনা "সিদ্ধান্ত শিরোমণিগী গোলাধ্যায়দা" হাইরি। ভাতি অমগী লোলগী ময়েক য়ীনীঙঙাই (ঈনীঙঙাই) লৈরবদি হাইরিবা মখশ তরুক অসি চঙ্গদবনি, রাহৈ ময়েক মান্নদ্রবসু।

(খ)। পৌরানিক, ঐতিহাসিক, ভৌগোলিক অমসুং বৈজ্ঞা-নিকী প্রয়োগতা [রাহৈ রারেঙদা] মৈতৈলোলগী 'লাইরিক'সিং [১] অসি রাহৈ খুদিঙ্গী জ্ঞান লৌফম ভাক্ত মঙাইরে। অদুগা কাব্যগী মরমদসু রারেঙ শৈরেংদা [গদ্য পদ্যদা] নিঙথিরবা অলঙ্কারনা লৈতেংলে। অদুম্বদি ওঈরবদা ব্রহ্মগী [বেদগী] নাতোল ওঈরবা শিক্ষানা মনম লৌত্রি, চিল ব্যা-করণসিংনা রা ভাঙত্রি, বেদগী মখোঙ ওঈরবা ছন্দ শাস্ত্র-সিংনসু মখোঙ থাংদূনা চত্রি।

---

[১] দীঘ ঈনা ব্যাকরণসঙ্গী মত অরাঙবা [অশাঙবা] দ্বিমাত্রগী খোল লৌরগা 'লাঈরীক'। লৌদ্রগা লাইরিক।

মরমদিঃ— ই, ঈ, উ, ঊ গী খোম্থোক্তা অনেম অরাঙ (হ্রস্ব, দীর্ঘ=লঘু গুরু) গী মাত্র ওন্ননা খোম্থোক পিবদগীনি।

(গ)। জাতিগী খোম্থোক্তা অনেম, অরাঙ খেন্নরবস্তু হ্রস্ব-দীর্ঘ স্বরবর্ণগী মাত্রাগী খোনফমদি অদূমক লৈফম থোকই।

(ঘ)। মৈতৈলোন্ন খোলহাই খোম্থোক নেমথৈ (লুমথৈ) ময়াঙলোন্না রাংই (য়াংই)। হাইরিবা অনেম, অরাঙ (অরুম, অয়াঙ) খেন্নবা অসি মহৌশাদগী লৈদুনস্তু ঐতনা হাইবসিদা কনাস্তু থাজরোঈ। ঐনা নচ্চদে, সৃষ্টি কর্ত্তান পুথোকপনি। মৈতৈলোলগী অনেম খোন্দা ইমানি ময়াঙলোন্দা 'ইমানি' অরাঙবা খোনি। [১]।

[ঙ]। স্বরবর্ণগী মাত্রাগা খোম্থেক চাননগা 'য়ী'দ্রবা [ঈদ্রবা] অমস্তুং পাদ্রবদি মিতৈ জাতিনা বিজাতিবু হিরম অয়াম্বদা হেনগৎপা ভম্মোঈ, ধর্ম্ম অমস্তুং শাস্ত্রগী হৌনবা (নিয়ম) অরেপ্পস্তু লৈররোই, কবি অহৈবস্তু থোরক্লরোই। অনিঙ অনিঙবনা অচুম্ব বনান ওঈদুনা ঈবা "লাইরিক" ভাক্তা ভাইরগনি।

(চ)। "মাত্রা (স্ত্রীলিঙ্গ) অংশ, ভাগ, অক্ষরাবয়ব, অক্ষরের উপরিস্থ অবয়ব, বর্ণের উচ্চারণ কাল"। ইতি কোষে।

"মাত্রা" হাইবা শব্দ (রাহৈ) অসি স্ত্রীলিঙ্গনি। অর্থনা শরুক, ময়েক্কী অবয়ব [মুর্ত্তি], ময়েক্কী মথক্তা লৈবা অবয়ব অমস্তুং উচ্চারণ কাল হাইবনি।

---

[১] "ইমানি" হাইবাস সংস্কৃত শব্দনি।

মাতুদিঃ— হ্রস্ব স্বরবর্ণনা শরুক অমা [ ই ], দীর্ঘ স্বরবর্ণনা শরুক অনি [ ই + ই = ঈ ] প্লুত স্বরবর্ণনা শরুক অহুম [ই + ই + ই = ই৩]। উদাহরণ অসিদা শরুকস্য, অবয়বস্য, উচ্চারণ কালস্থ থঙ্গদবা ওঈ। [১]।

ময়েক্কী মথক্তা লৈবা "অবয়ব" হাইবনা ছন্দ শাস্ত্রগী মত-তা লঘুগী [হ্রস্ব স্বরবর্ণগী] মথক্তা খুংনচিংবা লৈয়ি[= লৈ-ই] অমা, গুরুগী [ দীর্ঘগী ] মথক্তা খোইনা য়ীবা লৈয়ি অমা হাপ্পা অতুবুস্য মাত্রা কৌয়ী [কৌঈ]।

[ছ]। রাখল হাইবা অসিদি মপান্নাঈদে, মপা চূমদে। অতুম্নদি ওঈরবদা পূর্ব্বসংস্কার লৈবা, ইহলোক্ত ধর্ম্ম চূম্ন চৎপা, লাঈগী [দেবগী] কৃপা য়াওবা মিতনা [ অনুষ্যতনা ] অচুম্ব রাখল মপুঙ্গ ফানা ফংই।

[জ]। লাঈরীক হাইবা অসিদি অরিবা লাঈরীক উরগা অমসুং হৈরগ অনৌবা ঈরকপা লাঈরীক্কী অচুম্ব অরানগী বানান অমসুং মরম খঙই। অনৌবা লাঈরীক হৈদূনস্থ অরিবা লাঈরীক্কী মরম খঙবা ঙমদে! "লাইরিক" হাইবা রাহৈ অসিতা উবা মিনা 'লাঈরীক,' 'লাঈরিক' অমসুং 'লাএ-রিক' হাইবা অসিবু উবদা লাল্লে হাইগনি। 'কাএদা' হাইনা ছাওবা য়াওনরি, মাহু উর্দ্দু-লোম্নি ( যবনভাষানি )। অর্থনা লমচৎ হাই।

---

[১] মাত্রগী [শরুক্কী] মতুঙ ঈন্না খোঞ্জেল থাক থাক (মথঙ মথঙ) রাংখৎলি।

(ঝ)। ঐনা লেংজবা লাঈরীকসিঙ্গী বানান অচুম অরাল খণ্ডবিগদবদি ঐডোন্দা লৈরীবা থাইনগী লাঈরীকিসিংবু উরগা খণ্ডবিগনি।

(ঞ) ওঝা অয়াম্বনা লাঈরীক ময়াম্বু তম্বীতুনস্সু, মৈতৈলোলগী লাইরিক অমসুং লাঈরীকসিংনা ফনয়াম্না হাইতুনস্সু, খোঙ্গমুসিংনা লৈহি লৈবা লৈতবু লৈহি চুপ্পগুম্না অচুম্বা মচী [সার] ওঈ-বতবু লৌখত্লুনা ব্যাকরণসিঙ্গা মৈতৈ খোথোক্ত চুননবা য়ীজবনি।

(ট) লাঈরীকী বিচারদি লাঈরীক্না তৌরগা অচুম, ফরাল মথন মথন্তু চোংথোকচৈ। মিনা বিচার তৌরবদি অচুম্ব লাঈরীকস্তু অরানবা ওঈহনবা য়াঈ। অরানবস্তু অচুম্ব ওঈ-হনবা য়াঈ।

(ঠ) অনৌবা লাঈরীক্না অরিবা লাঈরীক্না বানানগী মরমদা খৎনববদি জাতিগী খোন্থোক খণ্ডলগা ব্যাকরণ, ছন্দ, শিক্ষা অমসুং কোষগা, জাতিগী অরিবা লাঈরীক্না লোইননা ফারক্ল-গা খণ্ডই।

---

মৈতৈলোলগী মপি ময়েক মহাইদি খোন্থোক অসিনি, হ্রস্ব-স্বরবর্ণনা অস্তুম্না হাইগনি, দীর্ঘ-স্বরবর্ণনা অস্তুম্না হাইগনি অমসুং প্লুত স্বরবরর্ণনা অস্তুম্না হাইগনি, (উচ্চারণ তৌগনি), ময়েক অসি, অসিদি অনেম, অরাঙ খোন্থোক অনি চৎপনি হাইবা অমসুং বাঙ্গলা, সংস্কৃত, হিন্দানচিংবদা মপি ময়েক মহাইগী খান্থোক অস্তুম্না হাইবা হৌনৈ হাইনা পূথোকপা

লাঙ্গ ীক লৈতে। কবিসিংনা পুখোক্ত্রবস্থ অরৈবা খোঙ্জেল্লিনা ইহাক থক্তা পূখোকচরী।

মৈতৈলোল থাঙ্গেশেংবদা হ্রস্ব ই, উবু "অয়াংবা রাহৈ" হাইরগা "অরুম, অয়াং" খোম্থোক (রাহৈ) অমি শিজিন্নবা অমস্তুং দীর্ঘ ঈ, উ বু "অরুম্বা রাহৈ" হাইথুনা 'অরুম্বা' (অনেম্বা) খোল লৌরগা দীর্ঘগী 'অশাংবা' নত্রগা অরাঙবা খোল মাঙহনব অসি, প্লুত স্বরগী রাহৈ লাকপা মতমদা শিক্ষা, কল্প ব্যাকরণনচিংবা গ্রন্থসিঙ্গী প্রমাণ লৌশিনবা য়াত্রে। মেঈথাপ মনা অসি লুেই হাইবগুম থোক্লে। নত্রগা ইমৈ মত্তে তৌরানি, তৌরা নত্তে ইমৈনি হাইবগুম থোক্লে। দীর্ঘদা 'অরুম্বা,' হ্রস্ব-স্বরদা "অরুম, অয়াং" খোল লৌবসি।

সূক্ষ্ম বিচার তৌদুনা জ্ঞান চক্ষুনা য়েংলবদি অরাঙবগা অশাঙবগা অক্ষানি হাইবদা থোঙ্গনা লাল্লোঈ। মরমদিঃ—হ্রস্বনা য়ৌবা ওমত্রবা খোঙ্জেলদা দীর্ঘনা অমস্তুং দীর্ঘনা য়ৌবা ওমদেবা খোঙ্জেলদা প্লুত স্বরবর্ণনা ওঈ হাইনা বাঙ্গলা, সংস্কৃত অমস্তুং হিন্দী-ভাষাগী ব্যকরণসিংনা ঐক্য ভাব ওঈনা লেপখ্রে। প্রমাণদিঃ—প্লুতস্বর।

১। "অ, ই, উ, ঌ, এ, ঐ, ও, ঔ এইআটটী স্বর দূরাহ্বান, গান ও রোদন কালে প্লুত নামে কথিত হয়"।

অর্থ। 'অদ'গী ঔ ফাওবা ময়েক নিপাল অমিগী খোঙ্জেল অমি লাপ্পা কৌবা, ইশৈ শকপা অমস্তুং তেংথাদুনা 'কপ্পা মতমদা প্লুত কৌয়ী প্লুতগী * থুদম অসিনি। মাগি বাঙ্গলা সাহিত্য প্রবেশগী মতনি।

২। "দূরাদাহ্বানে গানে রোদনে বিচারে সম্যগানে চ টেঃ প্লুতো ভবন্তি"।

অর্থ। অরাপ্পদগী কৌবা, ইশৈ শকপা, তেংথাদূনা কপ্পা অমস্তুং বিচার তৌবা খণ্ডনবদা টিসংজ্ঞাগী প্লুতনা ওঈ (হেয়া রাংবা খোঞেল ওঈ)। মাসি সংস্কৃত ভাষা ব্যাকরণগী প্রমাণনি। খুদমদিঃ— অ ৩, ই ৩, উ ৩ এ ৩ অসিনচিংবা।

৩। "ইন সব স্বরোংমেং উচ্চারণকে সময় য়দি হ্রস্বসে তিগুনী দের লগেতো উন্হেং প্লুত অথবা ত্রিমাত্রিক কহতে হৈং। ত্রিমাত্রিক স্বর রোনে, দূরসে বুলানে ঔর গানেমেং কাম আতে হৈং"।

"লিখনেমেং প্লুতকা চিহ্ন স্বরকে আগাড়ী ৩ কা অঙ্ক বনা দেতে হৈং। জৈসে, অ ৩ আ ৩ ই ৩ ঈ ৩ উ ৩ আদি"।

অর্থ। স্বর ময়েক পুন্নমক অসিদা উচ্চারণগী মতম অহুনা হ্রস্বদগী শরুক অহুম কূঈনা (শাংনা) চৌংদূনা হাইরবদি মখোই অহুবু প্লুত নত্রগা ত্রিমাত্রিক (মাত্র অহুম) কৌয়ী অমস্তুং অহুগূম্বা ত্রিমাত্রিক (প্লুত) স্বরনা কপ্পা, অরাপ্পদগী কৌবা অমসুং ইশৈ শকপদ শিজিন্নৈ।

ঈবদদি প্লুতগী খুদম স্বরবর্ণগী মমাঙ ওঈনা ৩ অঙ্ক হাপই। মাহুদিঃ— অ ৩, আ ৩, ই ৩, ঈ ৩, উ ৩ অসিনচিংবা। মাসি হিন্দী ভাষা ব্যাকরণগী মতনি।

হ্রস্ব স্বরদা "অয়াংবা য়াহৈ" অমসুং দীর্ঘ-স্বরদা "অরূম্বা রাহৈ" হাইবদা অচুম্বা নত্তে হাইবা নং ১, ২, ৩ অসিদা থঙ্গদবা ওঈ।

হ্রস্বনা মাত্র অমা, দীর্ঘনা মাত্র অনি, প্লুতনা মাত্র ও অমসুং ব্যঞ্জন ময়েক্কা মাত্র মখাই অমা ওঈ। "এক মাত্রা ভবেদ্ধ্রস্বো দ্বিমাত্রো দার্ঘ উচ্যতে" ইত্যাদি প্রামানাৎ।

"চাষপক্ষী এক মাত্রা, কাক দো মাত্রা, ময়ূর তীন মাত্রা ঔর নকুল (ন্যোলা) অর্দ্ধ মাত্রা বোলতা হৈ"।

অর্থ। সনাগী শেন্দাঙনা (১) খোংবনা মাত্রা অমা, কাক্কা খোংবনা মাত্রা অনি, রাহোঙনা খোংবনা মাত্রা অহুম অমসুং খৈরোইনা খোংবনা মাত্রা মখাই অমা ওঈ। "চাষস্তু বদতে মাত্রাং দ্বিমাত্রং ত্বেব বায়সঃ" ইত্যাদি পণিনীয় শিক্ষা বচনাৎ ॥

মাগী মাগী জাতিগী, লোলগী খোলহাই খোস্থোক মতুঙ ঈন্না (য়ীম্না) হ্রস্ব, দীর্ঘ, প্লুত-স্বরবর্ণদা অতেল, অশাঙ, হেন্ন-শাংবা হাইবনা চানৈ অমসুং অনেম, অরাঙ, হেন্ন-রাংবা (য়াম্ন রাংবা) হাইবনা চানৈ হাইবা খঙ্গদবা ওঈ। মৈতৈ-লোন্দি অনেম, অরাঙ, য়াম্নরাংবা হাইবনা চানৈ। মাসি ঐনা হাইজবা মত্তে, ঈশ্বরনা শেম্বনি অমসুং ওঝানা তাক-পিরম্বনি।

ব্যঞ্জন ময়েক্কা অয়াঙ, অরুম হাইগনি হাইনা ব্যকরণ-সিংনা লেপপ্রে। মরমদিঃ— অঘোষ (অয়াঙবা) ঘোষ (অরুম্বা) হাইবসি ব্যঞ্জন ময়েক্কা লৈবদগী। মাসিগী মরমদি মখাদা হাইরক্কনি।

---

(১) 'চাষ' হাইবা শব্দ অসিনা 'সোণার চড়ুই' খঙনগনি।

অঙ্ক. শাস্ত্রগী মরমদা 'পাটীগণিত' হাইবা 'মমিং' (মমিঙ) খোন্দুনা চৎনরবদি 'পুরিগদবা,' 'পুরিবা' অমিনচিংবদা পদা। হ্রস্ব উকার তপ্পা অমসুং অন্তঃস্থরদা হ্রস্ব ইকার তপ্পা অমি। ওয়রে। পূরীগদবা, পূরীবা, পূরীরীবা অমসুং পূরীদুনা খোকপা ফল হাইবনা শাস্ত্রগী সম্মত ওঈ (১)।
মথাগী প্রয়োগ অসী য়েংলগা শঙ্কা, সমাধান (সমর্থন) তৌরীগনি।

"য়ে সংখ্যাকে গুণ করা যায় তাহাকে 'গুণ্য' বা 'পূর্য্য,' যে সংখ্যাদ্বারা গুণ করা যায় তাহাকে 'গুণক' বা 'পূরক' এবং গুণনপ্রক্রিয়াদ্বারা লব্ধ সংখ্যাকে 'গুণফল' বা 'পূরণফল' বলে। ইহা যাদবচন্দ্র চক্রবর্ত্তীর পাটীগণিতে লিখিয়াসে।

"পূর্য্য'=পূরণীয়" ইত্যর্থ (পুরিগদবা)। 'পূরক' (পূরীরীবা) (পূরীবা)। "পূরণ ফল" (পূরীবা ফল)। "শেল-পুরিবা" (ধন ঋণ)। "অঙ্ক পুরিবা" অসুম্মা থাইনদগী চথরকই হাইদুনসু শাস্ত্রগী নিয়মমক্তি খোক্তে। অমেম অক্ষাক্ত-খোম্লোক অনি, 'পুরিবা' হাইবা রাইদা থম্বদগী।

আদি কবি ওঈবা ঈশ্বরগী কৃপানা য়ীঙ্গবা অমসুং য়ী-ফরকদোরীবনি। লাইরিক হাইবা ঈববুদী লাঈরীক হাইনা ঈবনা চূয়ে থমখিবা মতমদগী হ্রস্ব, দীর্ঘ, প্লুতগী খোঙ্গেপ-মৈতৈ খোঙ্গোক্কা চপ চানা থওলগনি নিঙই।

(১) পাটিগণিত হাইরবদি পু'রগদবা, পুরিবা, পুরিরিবা হাইবদা প্রমাণ ওঈ।

'লাঈরীক' হাইবা অসিসু খাইনদগী লৈরবনি মৈতৈ ময়েক্তা। মরম কোন্না হাইরক্কে। ________________

## সংজ্ঞা

আদি কবি ওঈবা শ্রীবিষ্ণুনা সৃষ্টিগী মতমদা বর্ণ (ময়েক) পুম্নমক অসি খোঞ্জেনগা লোইননা কণ্ঠদা থমথ্রবনি। অদুগুম্বা ময়েকসিং অদুনা রা ভাঙলিবনি।

শ্রী বিষ্ণুনা শেমগ্রবা খোঞ্জেনগা লোইনরবা কণ্ঠবর্ণসিং অদুবু স্বরবর্ণ অমসুং ব্যঞ্জনবর্ণ হাইনা মমিঙ অনিথোক্লা খাইদোক্লগা স্বর মযেক্তনা হ্রস্ব, দীর্ঘ, প্লুত (১) অমসুং ব্যঞ্জন ময়েক্তনা অয়াঙবা (অঘোষ), অরুম্ব (ঘোষ) হাইনা সংজ্ঞা (মমিঙ) কৌদুনা ময়েকী মশক (মূর্ত্তি) ওঈনা পত্রদা ঈদুনা মহাদেবনা থনম্লে। মাসিদা অমূক মহাদেবগী মত নত্তনা হ্রস্ব ই, উ দা অয়াঙবা (অঘোষ) অমসুং দীর্ঘ ঈ, ঊ দা অরুম্ব (ঘোষ) খোল কৌদুনা অয়াঙ, অরুম অনিতনা রোঙুনা শিজিন্নরবদি অনেম, অরাঙ, য়াম্নরাংবা খোম্থোক খীফম খঙদ্রে অমসুং খঙলরোঈ।

---

(১) জাতিগী খোম্থোক মতুঙ ঈন্না হ্রস্বনা অতেনবা, দীর্ঘনা অশাঙবা ওঈবা পথাপ অমা। হ্রস্বনা অনেম্ব, দীর্ঘনা অরাঙ-বা ওঈবা পথাপ অমা অসিনি। মৈতৈলোন্দি অনেম অরাঙনি।

## বর্ণলিপি (ময়েক ঈবা) ।

রাহৈসিঙ্গী ময়েক ঈবা হাইবসি মখল অহুম শূঈ। মাহুদিঃ— ১। শ্রুতলিপি (মিনা হাইবা তারগা ঈবা)। ২। ইচ্ছালিপি (নিয়ম নাঈদনা মানা ঈরীবা মখৈ অচুম্বা ওাক্তনি খন্দুনা ঈবা)। ৩। দর্শনলিপি [ য়েংননবগী ঈবা য়ীবা]।

দর্শন "লিপি" ["লিপী, লিবি, লিবী" ইতি কোষে, স্ত্রী-লিঙ্গ] [১] হাইবা অসিদি অরাইবা [অরায়বা] রাখল নত্তে। মরমদিঃ— ঈরীবা লাঈরীক অহুবু মি থু´দওনা য়েংলগা মাহুনা য়াম্না হৈবা ওঝা ওঈগদৌরিবনি। ইচ্ছালিপি য়াদে। মথক্তম্ হাইথে, মৈতৈলোন্দদি অ, আ, এ, ঐ, ও, ঔ অমম্সুং মখোই তরুক্না তপ্পা ময়েক্নী খোন্দি অনেম, অরাঙ খোম্থোক অনি চৎলি।

ই গা য় গা মাত্রা অমমমতা ওঈবনা অনেম্ব খোম্নি। ঈ, উ না মাত্রা অনি ওঈবনা অরাঙবা খোম্নি। ব্যঞ্জন ময়েক্তদি, কাওলুপ থুদিঙ্গী অহানবা, অনিশূবা ময়েক্না অয়াঙ-বা খোম্নি, ঙতৈনা অরুম্ব খোম্নি।

### শেংদোকপা।

১। ঐনা লেংঙবা উপায় কৃত-তত্ত্ব, শব্দনির্ণয় মঞ্জরীনচিংবা লাঈরীক মরিমক্তা হৌজিক কালগী চৎনরীবা ই, উ অমম্সুং মখোই অনিনা তপ্পা ময়েক্নী খোন্দা 'অয়াংবা রাহৈ', দীর্ঘ

১। "লিপি লিবিরুভে স্ত্রিয়ৌ" ইত্যমর। অর্থনা "য়ী"বা (ঈব) হাইবনি।

ঈ, ঊ অমস্তুং মখোই অনিনা তপ্পা ময়েক্কী খোন্দা 'অরূম্বা রাহৈ' হাইদে, পাবা হৈনদে, লাল্লে হাইগদবা লৈবদগী শেংদোকচরী।

লানবা নত্তে, শাস্ত্রগী নিয়ম অমস্তুং মথক্তগী চথরকপা খাই-নগী ধারানি। ওঝা নাইরগা হৈগদবনি, হৈনদবা হৌনদে, মিনা য়ীবনি।

হ্রস্ব ই, উ অমস্তুং মখোই অনিনা তপ্পা ময়েক্কী খোন্দা "অয়াংবা রাহৈ", দীর্ঘ ঈ, ঊ অমস্তুং মখোই অনিমা তপ্পা ময়েক্কী খোন্দা "অরূম্বা রাহৈ" হাইরিবসে, ময়েক্কা খোনগা ওমরবা, শাস্ত্রগী নিয়ম নত্তবা, অনৌবা মত ওঈনা মৈতৈ-লোলগী ছাপা অহানবা নম্বদা শেম্বনি। খাসিবু খুৎশেম অমস্তুং অনৌবা (নব্য) মত কৌয়ী। অনৌবা মত য়াম্না হৈহ্নুনস্তু অশ্বিবা মত খণ্ডবা অমস্তুং হৈবা ওমদে। অনৌবা মত-তি ইংশক ১৮৯২ রাঈদগী খোরকপনি। ইংশক ১৯১৫ রাঈদগী মপাঙ্গল মথণ্ড মথণ্ড কনখৎলকপনি।

ঈশ্বরনা, রা ভাওননবা ময়েক্কা লোইননা খোম্লোক অমস্তুং খোম্লেনগা চপচানা শেমহুনা খৌরীদা থম্লগা ভাওলকপা রা-হৈগী ময়েকসিং অহু মহাদেবনা অনেম, অরাঙ, য়াম্না রাংবা, অরুম, অয়াঙ খাইনা খমিও [সংজ্ঞা] খোন্দুনা খুৎনা ঈদূনা থনময়ি। মাহুবু লাঈশেম্ অমস্তুং অরিবা মত কৌয়ী।

মৈতৈ ( মিতৈগী ওঈবা ) খোম্লোক্তা থাইনগী অহৈবা পণ্ডিতসিংনা মহাদেবগী মত মতুঙ ঈম্না হ্রস্ব স্বরবর্ণবু অনেম্বা,

দীর্ঘ স্বরবর্ণবু অরাঙবা খোল কৌয়ী। খোঞ্জেনগা লোই-
নরবা মথেকসিং অদু য়ীদুনা থনম্লীবনি।

অনেম্বা, অরুম্বা মমিঙ তোঙানবতনি খাঞ্জেল অমতনি। অরাঙবা, অশাঙবা, অয়াঙবা খোঞ্জেল অমতনি। (১)।

[ক] হ্রস্ব ই, উ দা "অয়াংবা রাহৈ" [অরাঙবা খোল] লৌ-বদগী নিয়ম কাইদুনা 'ই' অমতনা "অরুম অয়াং" খোল অনি ওঈরে। দীর্ঘ ঈ গী মশক মাঙহল্লে। খুদমদিঃ— 'ই'মাগী 'ই'বুঙেক্তা পারা 'ই,ররবরা? রারেঙ অসি খুৎশেমগী মতনি। 'হ'ররবরা = ঈরবরা? [য়ীরবরা?]।

লাঈশেমগী 'মত' তিঃ— ইমাগী ইবুঙেক্তা পারা ঈরবরা? ঈরে ইমা [য়ীরে য়িমা] [১]।

[খ] দীর্ঘ ঈ, ঊ দা "অরুম্বা রাহৈ" [অনেম্বা খোল] লৌ-বদগী দীর্ঘগী অরাঙবা [অশাঙবা] খোনস্থু, থাইনদগী প্রসিদ্ধ ওঈদুনা লৈরবা ই, উ, অমস্থুং হ্রস্ব ইকার, হ্রস্ব উকারগী মশকস্থু মাঙহল্লে। খুদমদিঃ— "ঈসিঙ, ঈসিং, ঈশিং" হাই-রম্বদগী খুৎশেমগী নিয়মনা ঈশিং হাইরে। 'পি' [দান তৌয়ী], 'ঙ্গুপি' 'মপি' হাইরম্বদগী পী, ঙ্গুপী, মপী হাইরে। প্রাচীন পণ্ডিতপু নব্য পণ্ডিতনা হেন্না হৈবা হৌনদে।

---

[১] স্বর ময়েক্তা অরুম, অয়াঙ খাইবা শাস্ত্রগী মত নত্তে। ময়াম্না চৎনথীবগী মতুঙ ঈন্না, যুক্তি চানা ঐস্থু অরুম অয়াঙ হাইজবনি। অয়াঙ অরুমদি ব্যঞ্জন ময়েক্তা হাইগদবনি।

---

[১] "য়ীরে য়িমা" হাইরিবসি মৈতৈ ময়েক্কী মতৌনি।

[গ] জাতি অমগী অস্থূপ য়াম্বা রাকৈবু খুংশেমনা লাঈশেমগী অচুম্ববু মাঙহনবা চুথদে থনবদগী অরিবা মত ঈজবনি।

---

২। কনা কনাগুম্বসিংনা লাঈরীক মরি লৈংববু ই, ঈ, উ, ঊ অমম্তুং হ্রস্ব, অনেম্বা দীর্ঘ অমাঙবা হাইদগী মরমতদা হঞ্জীন হঞ্জীন য়ীক্তুনত লৈ। কবি ওঈবা মতিক চাদে হাইগদবা লৈবদগী শেংদোকচরী।

ইংশক ১৮৯২ রাঈদগী নব্য মতকী "অরুম অয়াং রাহৈ"দা চহি ৭০ হেন্না চুপ্পবা পুক্লিঙবু প্রাচীন মত-তা থাজনবা নিঙশিঙবদি কোষগী (অভিধানগী) মত-না ফগনি থম্মুনা কোষগী মত লৌজবনি।

কোষ শাস্ত্র যা মতাঙ মতাঙ চাবদা, মরম মরম লাক-পদা হান্নমা ঈগ্রবা শব্দ অতু হন্ন হন্ন ঈ।

পাঠক বর্গনা মতাঙ মরি মঙা তরুক পাবদা ভাব তাঁ-দ্রবমু মতাঙ ৭ | ৮ শূনবা পারগা ভাব তাননবা হন্ন হন্ন ঈবনি।

ফলিত জ্যোতিষ শাস্ত্র, নানা ব্যাকরণ, নানাবিধ ছন্দ-শাস্ত্রনা মখুতগী ভাবতা মাঙ্গরবমু রাঙঙ অমম্তুং রারেঙখৈরে, ঐনা ঈজবমু হাইরিবা অসিগী মতনি। লাঈরীক অমদা মরোন শূবা ওম্নদে।

ঐনা মরুউ (মুল) ওঈনা নিঙজবদি ই, ঈ, উ, ঊ অমম্তুং মথোইমরিনা তপ্পা ময়েক্কী থোম্বা লাঈশেম খুংশেম চয়েং-নত্তুনা অহেম্ন খোল থঙদবসিদা থঙনবা য়ীজবনি। অতুম্বু শ্রীভগবান্না সাক্ষাৎ কৃপা পিনবীরে। লিখন শক্তিবু...

মৈতৈলোনগী হ্রস্ব-দীর্ঘ স্বরবর্ণগী উচ্চারণ মতৌগি লোল অতৈগুম্না হ্রস্ব অতেনবা, দীর্ঘ অশাঙবা হাইবদা চানদে। অনেম, অরাঙ হাইবদা চানৈ। খোঙ্হোক খেন্নবননি।

অনেম, অরাঙ, হেন্না রাংবা খোল হাইবসি মৈতৈলোন্দা অনি শূঈ। হ্রস্ব, দীর্ঘ, প্লুত স্বরবর্ণনা ওঈবা মথল অমা। অনুদাত্ত, স্বরিত, উদাত্ত-স্বরনা ওঈবা মথল অমা। অনেম, অরাঙ অসিবু অনৌবা (নব্য) মত অমম্বুং থুৎশেন্না "অরূম্বা রাহৈ" "অয়াংবা রাহৈ" কৌগে। অনেম, অরাঙ খোল হাইবদা ঙক্লে (হৈনক্লে)। হৈনবনা ফগনি (১)।

মৈতৈগী লোন্দি অ, আ, এ ঐ, ও ঔ মখোই তরুক্না তপ্পা ময়েক্কী খোল অসি অনেম, অরাঙ ('অরূম, অয়াং') অনি, অনি শূঈ। জাতি অতৈগীদি শূদে। অনি শূবগী থুদমদিঃ—

ইমা, ইপা হাইবা রাহৈ অনি অসিগী মথাঙ থংবা 'ই' অনি হ্রস্বগী অনেম্ব (অরুম্ব) খোন্নি। অদুগা মা, পা অনিনা অনুদাত্তস্বরগী অনেম্ব খোন্নি (অরুম্ব খোন্নি।

ঈমান্নবা, ঈপাচাবা হাইবা (হায়বা) রাহৈ অনি অসিগী

---

(১) হ্রস্ব ই; উদা "অয়াংবা রাহৈ" (দীর্ঘ স্বর =অরাঙবা খোল) লৌবসি লোল অতৈগী ই, উগী খোলগদি মান্নে। মৈতৈলোন্দদি লাল্লে। সাক্ষীদি, 'ইপু' অমসুং 'উচি' রাহৈ অনি অসিনা ওঈরী। মৈতৈলোন্দা ই, উ "অরূম্বা রাহৈ" (অনেম্বা খোল) হাইবিয়ু।

মমাঙ থংবা ঈ অনি, অবাঙবা (অয়াওবা অশাঙবা) খোম্নি। অতুগা মা, পা অনিনা স্বরিত স্বরগী অরাংবা ('অয়াংবা') খোম্নি। (১)

মতৌ অসুম তৌনা অপানব, অপানবা অসিন'চিংবা' (চীংবা) রাহৈ অতৈদসু থঙবা ওঈ। খুদমগী মরমদি মমৈরাঈদা হ ইবক্কনি।

---

## *মৈতৈলোন্দ্র 'য়ী'বা=ঈবা।*

মৈতৈলোলগী, বানানগী মরমদা ঐনা ঈজরীবা অসুপ কুপ্না ঈবা য়াউ (য়াও) খিত্রি খঞ্জে। মতুঙদদি ঐগী মত অসি উরগা হেন্না কুপ্না ঈরকপসু য়াঈ। ঐগী মত অসি লৌখিত্রগা হ্রস্ব 'ই' অমত্তনা নত্রগা হ্রস্ব ইকার অমতনা "অয়াংবা রাহৈ" অমুক ওঈ, "অরূব য়াহে" অমূক ওঈদূনা রায়েন (নিয়ম) নাঈদবা ওঈদূনত্তা লৈরগনি। মরমদি:—লাঈশেমগা খুৎশেমগা (অনৌবা মতক.) চয়েৎনথীবদগী। নিয়ম নাঈদ্রবদি কবিতদি মরাঙ্কাইরগনি। বানান চুম্বগী ফল-দি ফংলোঈ।

## *"অসুপ কুপ্না ঈবা" হাইবদি।*

মৈতৈলোল ঈবগী মরমদা বিষয় মথল ৮ লৈ। মাতুদি—

---

(১) অনুদাত্তদগী স্বরিতনা খোল রাংঈ (রাংয়ী)। অনুদাত্ত, স্বরিত স্বরগী চিহ্ন বৈদিক ব্যাকরণদগী লৌজত্রে। ছাপা নম্ব-দা খুদোং চাদে হাইদুনা সাহিত্য প্রবেশগী মত লৌরে।

১নবা। "সংজ্ঞা, পরিভাষা, বিধি, নিয়ম, অতিদেশ অমসুং অধিকার" হাইরিবা সুত্র তরুক অসি ম্রম, মরম চাবদা শিজিন্নবা। ২ শূবা। মিতৈগী খোম্বোক খণ্ডবা। ৩ শূবা। বিজাতিগী লোলগা মিতৈগী লোলগা অনেম, অরাঙ ("অরূম, অয়াং") খোম্বোক খেন্নবা খণ্ডবা। ৪ শূবা। মৈতৈলোন্দা ময়েক অমতনা অমসুং ময়েক চপ মান্নবা রাহৈ অমতনা অনেম অরাঙ ("অরূম, অয়াং") খোম্বোক অনি হাইরগা অর্থ তোঙান তোঙান পূথে কপগী ময়েক ৬ পূথোকপা। ৫ শূবা। মৈতৈ ময়েক অমসুং বাঙ্গলা ময়েক য়ীরম্বা চহি কূঈরবা (লীরবা) ইংশক ১৮৯০ গী মঙ্গী 'লাইরিক' অমসুং লাঈরীক্কী খোম্বোক চাবা বানান লৌথোকপা। ৬ শূবা। সংস্কৃত, বাঙ্গলা, হিন্দী লোলগী শাস্ত্রশিং অমসুং অতোপ্পা জাতিগী লোলগী মত লৌথোকপা। ৭ শূব। হ্রস্ব, দীর্ঘ, প্লুত স্বরবর্ণগী খোঞ্জেমবু ব্যাকরণশিংগী মত লৌদুনা মৈতৈ খোম্বোক্তা মাত্রা কাইদনা পূথোকপা। মখল অমনা অনুদাত্ত, স্বরিত, [১] উদাত্ত স্বরবু খূদমগা [চিহ্নগা] লোইননা মৈতৈ খোম্বোক্তা পূথোকপা। ৮ শূবা। মৈতৈলোন: ঈন্না রাহৈ অমগী বানান শাইবদা পাপ অমা, চুম্বদা পুণ্য অমা ফংগদবা রাখনা থৌনা ঈবা।

[১] অনুদাত্ত স্বরদগী স্বরিত স্বরনা খোল রাংয়ী, স্বরিত স্বরদগী উদাত্তনা খোল রাংয়ী। মরম অদুনা অমেম অমাক্কী মাত্তা লৈ হাইদুনা স্বরিতপু ময়াই ওঈবা খোল কৌয়ী।

হাইরিবা মখস ৮ অসি শিজিন্নতুনা ঈবদগী কৃপা ঈবা হাই-জবনি।

ছাপাদা ভ্রম লৈবদি অনম্বা মিগী দোষস্তু ঐগীস্তু নত্তে জগৎকী হৌনবনি।

মৈতৈলোন্গী অয়েপা, খোঞ্জেনগা মাত্রাগা চানরবা, কণ্ঠ-স্বরগা হস্ত-স্বরগা চুনরবা, বানানগী দোষ লৈত্রবা লাঈরীক, মৈতৈ লৈবাক্তা থম্লগে ভগবান্না (ঈশ্বরনা) নিঙলবা, ঐনস্তু থমজরম্মগে নিঙজতুনা ঈপ্রবা অমস্তুং ঈরক্কদবা রাইসীং অসিগী বানান অরাল, অচুমদি মিরোইবনা নিঙথিনা খঙল-রোঈ। অন্তর্য্যামী [ঈশ্বরনা] অরাল, অচুম য়েংবদা অহেনবগী মতুঙ ঈন্না ইহলোক অমস্তুং পরলোক্তা ফল পিবিগনি। অতুবু অপাঙবা, হৈতবনিনা দোষ খর লৈবা অতুদি কনবীয় হে ভগবান্!

ধন্য কলি যুগ অসিদা সাক্ষাৎ ভগবান ওঈবা দেব মূর্ত্তিনা নরমূর্ত্তি ওঈনা পোক্নুনা ধর্ম্ম, জ্ঞান, বৈরাগ্য, ঐশ্বর্য্যনা যুক্ত ওঈবা হাইবদি শ্রীগৌরচন্দ্র [গৌরাঙ্গ, নিমাই, অবতার বিশেষ] ইবুঙেঙাতনি। ইবুঙোগী কৃপানা কলম, মচিল অথৌবা পিবিবা ধ্যান্দা ফাওবদুগী কৃপানা ঈপ্রবা অমস্তুং ঈজরক্কদৌরীবা লাঈরীক্তি। জন্ম-খুদিঙদা ধর্ম্ম অমস্তুং জ্ঞান অনি অসিতদি মতম শাংনা পিনবিয়্যু হে গৌরহরি!

হে গৌরহরে৩ কৃপাং কুরু৩। ৩ ইতি প্লুত।

## সর্ব্বগুনান্বিতায় ভদ্রলোকায় নমো নমঃ।

ইংশক ১৮৯০ [শকাব্দঃ ১৮১২] গী মথক্তদি শাস্ত্রগী মত মতুঙ ঈয়া হ্রস্ব স্বরবর্ণনা অনেম্বা খোল [ 'অরূম্বা রাহৈ' ], দীর্ঘ স্বরবর্ণনা অরাঙবা খোন্দা ['অয়াংবা রাহৈ'দা] চৎনরমই। হাইরিবা শক অসিগী মথাদা ইংরেজ সরকারনা পাল্লিবা মতমদা হ্রস্ব স্বরবর্ণগা, দীর্ঘ স্বরবর্ণগা খোল ওন্নবা ছাপা নমখে। নমথিবা ছাপাগী মতুঙ ঈয়া [য়ীন্না] চৎনরে।
ওন্ন-তৈনব্রীতৈমক্তসু বানান চূম্ব ঙমদ্রবা মৈতৈলোন্নি। ওন্ন-রক্লবা মতম অসিদদি লাঈশেমগা খুৎশেমগা চয়েৎনহুনা লাঈশেম্নসু ঙমদা, খুৎশেম্নসু ঙমদা, ধারা [ইচেল] লৈতবা, নিয়ম নাঈদবা, মউ লীঃদবা বানান তাখরে। অনৌবা মতনা থ-র শেমদোকপা রাহৈ নত্তবমখৈ অনিঙবা ঈবনা অচুম্বা ওঈনা চৎনরি।

হৌজিক্তি কংগ্রেস সরকারনা পান্দুনা মৈতৈ লৈপাক অসিগী মপোক ফরবা, মতিক মগুণ লৈরবা, প্রজানা অপাম্বা খনগৎনরবা মন্ত্রী মণ্ডল অমস্তুং মবুদ্ধি ফরবা, শাস্ত্র বিদ্যাদা মতিক মতিক চানা হৈদূনা পদবী ফংনরবা ভদ্রলোক, অমদি সহর, 'পল্লি' [গ্রাম] হাঙদনা পণ্ডিত ময়াম লৈরবা, চাও-খৎলবা মতম অসিদা হ্রস্ব-স্বরবর্ণগা দীর্ঘ স্বরবর্ণগা মাত্রা কাইনা খোল ওন্নগ্রীবা অসিদদি থাইনগী মহাদেবগী মত-তা, শাস্ত্রগী নিয়ম কাইদনবা হঞ্জীলহনবীয়ো হাইনা [হায়না] হন্ন হন্ন নিবেদন তৌজরী। হঞ্জীন্দ্রবদি থাইনগী রাহৈগী বানান

অচুম্বস্থু মাওংদ, অনৌবা ওস্থোক্লকপা বানান্দা মপুঙকাবা ওস্থোকপস্থু ওন্দ্রে। অনৌবদা ওস্থোক্লকইব অসি ইংশক ১৮৯০গী মথাদগীনি কূঈডী, চহি ৭০ রোমদা ঙাইরি।

শ্রীগোংজম গন্ধারসিংহ পাঁজী, জ্যোতিষ-শিরোমণি, চন্দ্র-সিদ্ধান্ত, খোংনাং পণ্ডিত জয়পত্র, কত্থাল, শব্দ-শিরোরত্ন, জোতিষ ভূষণ। চহি ৭১। শিঙজমৈ মখা মহেঙবম লৈকাই ইম্ফাল।

---

তুরেল অমস্থুং পুখ্রিগী 'ইসিঙ' (ইশিং) অনৈবদ ইক-জরবদি হকচাঙ মোৎলি, পুণ্যস্থ ফংদে। মতৌ অহুগূম্না মহেক্না খোঞ্জেনগা মাত্রা চানদবদা য়ীবা লাঈরীকপু তম্লবা, অমদি ওঝা হৈতবনা মহৈ তম্বীবা, ছাত্রসিংনা বুদ্ধি যাম্ন ফদূনস্থ অরানবদা য়াম্ন হৈনৈ, অচুম্বগী মফম খঙদে। মহৈ তম্বগী পুণ্য ফলস্থ ফংদে, ক্লাস য়ামতুনস্থ ঈরকপদা বানান শোইগনি।

গঙ্গা, যমুনানচিংবা তীর্থগী শুদ্ধ জলদা স্নান তৌরবদি হকচাঙস্থু নাল্লি, পুণ্যস্থ ফংই। মতৌ অহুগূম্না মহেক্না খোঞ্জেনগা হ্রস্ব, দীর্ঘ স্বরদা মাত্রাগা চানরবা লাঈরীকপু ওঝা অহৈবনা তম্বীরবদি বুদ্ধিগী অমোৎপা, হাম্নগী হৈতবা (খঙদবা) কোকখি। ক্লাস খরতা তম্লবস্থু ঈরকপদদি বানান চূমগনি।

## "*অতিদেশ*"।

(ক)। 'অন্য ধর্ম্মস্যান্যত্রারোপণ মতিদেশঃ' ইতি দুর্গাদাস।

(খ)। 'অন্য ধর্ম্মের অন্যত্র অরোপণ অতিদেশ'। ইতিকোষে।

[ক, খ] অনিমক্কী ৱারোল অমতনি। লোল মান্নহবতনি। মৈতৈলোন্দা অর্থ তৌরবদি,— অতোপ্পা ধর্ম অমগী অতোপ্প-দা লীংথংলীবা অদুবু 'অতিদেশ' কৌয়ী। মাহুদিঃ— ছীদগী অতোপ্পা ছীদা চৎপা। ৎী অমগা অতোপ্পা ছীগা মশক্তি মান্নদে হাইববু ইশিংদা [ইসিঙদ'] চৎপা ধর্মদি [স্বভাবতি] মান্নে।

মৈতৈ মযেক্তা অ, আ দগী হেন্না হ্রস্ব, দীর্ঘগী স্বর ময়েক লৈতে। য়ি, য়ী, রু, রূ, ৱি ৱী, লি, লানা শিজ্জিন্নৈ।

মৈতৈলোন্দা বাঙ্গলা ময়েক্ক চৎনরন্দা হ্রস্ব, দীর্ঘ হাইবা স্বর ময়েক্কী মনুঙদগী ই, ঈ, উ, ঊ মযেক মরি অসিতা লৌখৎলা শিজ্জিন্নরি। অতৈদি থাইনগী মত-তা [১] লৈরী মৈতৈ ময়েক্কা মশক মান্নদবদনি। খোন্দ মান্নে।

য়ি, য়ী, রু, রূ গী মহুত্তা ই, ঈ, উ, ঊ না শিজ্জিন্নরিবা অসিবু 'রূপাতিদেশ' কৌয়ী। মরম অসিনা য়িগা ইগা খোঞ্জেল অমতনি। য়ীগা ঈগা থাঞ্জেল অমতনি। জাতিগী খোন্থোক মতুঙ ঈন্না অতেল অশাঙ হাইরগা চানবা, অনেম অৱাঙ হাইরগা চানবা অসিতনি।

হ্রস্ব, দীর্ঘ স্বরগী খোঞ্জেল লৌবদা ভাব তাননবগীদমক যি=ই। য়ী, [ঈ]গী মান্নবা খোঞ্জেল থঙনবা সমান চিহ্ন হাপ্পূনস্থু, ব্রেকেট মনুঙদা থমদূনস্থু য়ীরী [ঈরী]।

[১] থাইনগী মত-তা হাইবদি রি, ৎী, লি, লীদা হৌজিক ফাঙ-বা চৎনরী। মাহুদিঃ— লৌপরি, পরীক্ষা। লিক্লি, 'লীন', লীলা।

ঋ, ৠ, ঌ, ৡ গী ধম্মদা রি, রী, লি, লীনা ওঈরীবা ধর্ম্ম অনিবুস্তু "রূপাতিদেশ" (মশক হোংদোকপা) কৌন্নী (বৌঈ)। উচ্চারণদি হোংদোক্কে।

## বিজ্ঞাপন।

হোঞ্জাক্ত, "খোন্থোক্কী মথল পুখোকপা হাম্নগী মথঙ" কৌবা লাঈরাকপু পূর্ব্বসংস্কারনা মূল কারণ, দেবা দেবীগী কৃপা অমসুং নানা শাস্ত্রগী শক্তিনা নিমিত্ত কারণ, হস্তনা কার্য্যকারী বুদ্ধিনা কর্ত্তা ওঈদুনা শব্দ সমুদ্রগী মন্থনদগী মচী (সার) ওঈরবা শব্দ (রাহৈ) থরদংবু প্রজা সেবাগীদমক হরিবু (বিষ্ণু অমসুং শিববু) নিত্তজহুনা বাংদেবীগী দয়ানা মাঙেঙাক-নপরগা ঈজরগে।

লাঈরীক ঈদ্রীজৈগী মমাঙদা থরদং খঙহল্লরি। লাঈ-গূম্নবা পূর্ব্ব পণ্ডিতসিংনা লাঈরীক অমা লেংবদা নানা শাস্ত্রদগী প্রমাণ কয়ামরূম লৌহুনা মাগী মাগী শাস্ত্রদা হাপহ। মতৌ অদুগূম্না অতোপ্পা শাস্ত্রগী প্রমাণ য়াওদনা থাজররোই-দবা রাহৈসংদা সংস্কৃত, হিন্দী, বাঙ্গলানচিংবা শাস্ত্রসীংগী প্রমাণ, বচন কয়া কয়া লৌহুনা য়ীজগে অমসুং ঈজপদোরী।

ঐনা রাহৈসীংবু ঈজবদা মিতৈ জাতগী খোন্থোক মতুঙ ঈন্না হ্রস্ব স্বরবর্ণবু অনেম্ব ('অরূম্ব'); দীর্ঘ স্বরবর্ণবু অরাঙবা (অয়াঙবা, অশাঙবা) প্লুত স্বরবর্ণবু হেন্ন রাংবা খোল (স্বর) দা মাত্রা চাননবা ঈরকপদা থাহনগী অমসুং হোজক কালগী চৎনরীবা রাহৈসীঙ্গী বানান কয়া কয়া হোংদোকপ্রে অমসুং

হোংদোক্লদৌরি। মাছু ময়ানবা তাহনবিগনু। ইশৈ (য়িশৈ) শক্লবদাঙীদা খোঙদৌরীব। যন্ত্রগা রৈগদৌরীবা তবলাগা সুর চানজগা সুর চাননব। শেমদোকপগুম্বনি খনাবনু।

পাঠক বর্গনা ভূমিকাদগী পম্বিপূর্ণ কাওব। নোংমগী পারা নাঙীনা, লামাই য়াঙদনা হন্ন হম পাবীয়ু। জ্ঞান লৈবা মিদি অপাবা থুদিডদা অনৌবা, অরেপ্পা জ্ঞান থোরকই, কবিগী ইচ্ছা কংয়ী। কবিগী অহৈ হৈতমু অরেপ্পা খঙবা ঙমই (ঙময়ি)। "কবিরিচ্ছা তাৎপর্য্যঃ"। কবিগী ইচ্ছা খঙববু তাৎপর্য্য খঙবা কৌয়ী।

হৌজিক কালদা চৎনরীবা বানানগী অমসুং থাইনগী চৎনরকপা বানানগী মরম উরগা শাস্ত্রগী নিয়ম লৌঙ্গনা ঈজবান।

"সামান্যপ্রাপ্তস্য বিশেষাবধারনং নিয়মঃ"। ইতি দুর্গাদাস।



# খোন্থোক্কী মখল পুথোকপা।

## হান্নগী মথঙ।

ওঁ শিবায় নমঃ।

৬২। স্বর ময়েক্কী খোন্থোক অসি লূপ্পদ তৃঈ হাইববু য়াম্লমক লূপ্‌দি থোক্তে। মরম্মাদি: - সংস্কৃত, হিন্দী বাঙ্গলা- নাচংবা ব্যাকরণশিঙ্গী মবোক অতোপ্পদা য়াউবা সংজ্ঞাতনি।

৬৩। মৈতৈলোন্দা ই, ঈ, উ, ঊ গী খোন্থোক্তা অনেন, অরাঙ, য়াম্না রাঙবা (হ্রস্ব, দীর্ঘ, প্লুত) স্বরগী মরমদা অপেক্লা নিয়ম লাইদবগুম থোকই। অসি, শস্ত্রুনা (মহাদেবনা) হ্রস্ব ই, উনা অনেম্ব দীর্ঘ ঈ, ঊনা অরাঙবা (অশাঙবা) খোল লৌবা নিয়মদা (পথাপ্তা) শেমই। ইংরেজ সরকারনা পাল্লকপা মচিক খৃষ্টাব্দ ১৮৯২ অতুরঈনগী কাংলা হ্রস্ব ই, উনা "অয়াংবা" (অরাঙবা), দীর্ঘ ঈ, ঊনা "অংথা" (অনেম্বা) খোল লৌবা পথাপ্তা শেমখ্রে। হান্নগা অম্ম তৌরম্লে। অতুংবপুং—

(ক) লাঙ্গইশেম, থুংশেম পথাপ অনি অসিগী খোন্থোক অনি অচু স্বর স্বর য়াম্লতুনা মখা। থুনরকপদা খৃষ্টাব্দ ১৯২৫গী মতাঙদা অনেম্ব ("অরুম্বা", দীর্ঘ ঈ গী খোন্দাগা মান্নবা অক্ষর "য়" হাপচিল্লদুনা থুংশেম্লা অয় স্বর ওইরে। মাত্র (উচ্চা- রণ কাল) অমতা ঙাইবা হ্রস্ব ই, উনা অরাঙবা (অশাঙবা)

খোল ওঈগ্রে। মাত্র অনি ওঈবা দীর্ঘ ঈ উনা অনেম্ব খোাগ ওঈরে।

৬৪। অন্তঃস্থ য অনি থাইনদগী মৈতৈ ময়েক্কুম্ন বাঙ্গলা ময়েক্কুম্ন লৈরীবনি। ব্যঞ্জন ময়েক ওঈবনা হসান্ত ( য় ) ওঈনা লৈবদগী মাঙোন্দা অকার, আকার, ইকারনচিংবা তপ্পগা [সংযোগ তৌরগ] শিজিন্নে। মরম অদুনা খৃষ্টাব্দ ১৯২৫গী মখক্ত দ 'য' ন ঙ, ঈগী খোন্বোক লৌদুনা মৈতৈগোন্দা শিজিন্নবা লাঈরীক লৈতে।

"য়" গা, "ই" গা অনেম্ব [অরুম্ব] খোন্দা চপ মান্নবা লৌরবদি বিকল্প ওঈনা [অনিথোক্না] শিজিন্নবদা দীর্ঘ ঈগী অরাঙবা [অশাঙবা] খোল মাত্রা "কাইদবা=কায়দবা" য়াগনি। বাঙ্গলা ভাষাগী মত যেমনঃ—হয়, হইল ইত্যাদি।

## *খোন্বোক খণ্ডনফম*।

৬৫। হ্রস্ব, দীর্ঘ খোন্বোক খেন্নবা অনেম অরাঙ হাইগনি। ময়েক চপ মান্নবা রাহৈনা অর্থদা মান্নদবা [খেন্নবা] অনেম, অরাঙ হাইগনি। ময়াঙ, মৈতৈ খোন্বোক খেন্নবা, হাইবদি সংস্কৃত, হিন্দী, বাঙ্গলানচিংবা লোলগা মৈতৈলোনগা খোন্বোক খেন্নবা অনেম অরাঙ হাইগনি [হায়গনি]। মাসি ব্রহ্মাগী সৃষ্টিনি।

৬৬। সংস্কৃত হৈবা পণ্ডিতশিংনদি হ্রস্ব দীর্ঘ স্বরবর্ণদা অনেম অরাঙ হাইরোই, অতেল অশাঙ হাইগনি। অনেম, অরাঙদি উদাত্ত, অনুদাত্ত, স্বরিত স্বরদা হাইগনি হাইরি। অদুবু

অতেল অশাঙনা অসিনি উদাহরণচিংবনা অসি, অসিনি হাইবা রাহে অমস্তুং উদাহরণ উৎপা লাযাই (পৃষ্ঠ) অমতস্ত মৈতৈ-লোন্দা পূখোক্না ফোঙদোকপা লৈতে। অতুনদি মণিপুর দেশদা সনা অমত্তুং কেরোম্নিগী খনি লৈ হাইবগুম্না থোকই।

[ক] সংস্কৃত, হিন্দী, বাঙ্গলা, ইংরেজনচিংবা বিদেশগী শাস্ত্র-শিংদি হ্রস্ব স্বরবর্ণদগী দীর্ঘ স্বরবর্ণনা মাত্র=মাত্রা অমা [উচ্চারণ কাল অমা] হেন্না শাংনা [কূঈনা] চীংদূনা উচ্চারণ তৌরগা [হাইরগা] দীর্ঘগী খোল ওঈ। যথাঃ— কবিঃ, কবী। শনিঃ, শনী। বিষ্ণুঃ, বিষ্ণূ ইত্যাদি।

৬৭। মৈতৈলোন্দি হ্রস্বগা দীর্ঘগা খোলহাই খোঙ্মোক মাল্ল-দবনা হ্রস্ববু শাংনা চীংদূনা হাইরুবনা দীর্ঘগী খোঙ্মোক ওঈদে। হ্রস্ব স্বরবর্ণনা খোল মমৈ নেমথরকই [লুমথরকই]। দীর্ঘ স্বরবর্ণনা খোল মমৈ রাঙ্খংখী [শাঙ্গৎখী] উচ্চারণ কালদা, খুদমদিঃ— "উচি" ফারি, লম্বি চৎলম্মী থোঙ্গৈবী তুমিন্ন তূখে। মতু (ভার্য্যা) মতূ ("রোম, লোম")।

৬৮। অরুম, অয়াঙ খোন্দা হৈনরবা কাঙবুনদি হ্রস্ব, দীর্ঘ স্বরবর্ণদা অনেম অরাঙস্তু হাইরোই. অতেল অশাঙস্তু হাইরোই, হ্রস্ব স্বরবর্ণদা "অয়াংবা রাহে" দীর্ঘ স্বরবর্ণদা "অরুম্বা রাহে" হাইগনি হাইরি। মাসিগী মরমদা শেংদোক্নী। মরমদিঃ— অয়াঙ অরুমদি ব্যঞ্জন ময়েক্তা লৈ। প্রমাণদি, "কাতন্ত্র সূত্র" না হাইরি। মাহুদিঃ—

"বর্গাণাং প্রথমদ্বিতীয়াঃ শষসাশ্চাঘোষ:"। "সূত্র।" অর্থ, ক, চ, ট নচিংবা কাণ্ডলুপসিঙ্গী অহানবা, অনিশুবা অমসুং শ, ষ, স মখোই অসিবু অয়াঙবা ময়েক কৌয়ী (কৌঈ)। "ঘোষবন্তোঽন্যে" । অর্থ, অতোপ্পসিংনা অরুম্বনা তীল্লি, হাইবদি কাণ্ডলুপসিঙ্গী (বর্গনাং) অহুম শুবা, মরি শুবা, মঙাশুবা অমসুং য, র, ল, ব, হ মখোই অসিবু অরুম্ব ময়েক (ঘোষবর্ণ) কৌঈ।

৬৯। কাতন্ত্র সূত্রনা হাইরিবা প্রমাণ অসি "রূপমালা" শাস্ত্রদসু হাইবি, চপমান্নে। রূপমালাদা স্বর ময়েক পুম্নমক অসি ঘোষনি (অরুম্বনি) হাইবি। সারস্বত ব্যাকরণদা স্বর ময়েক পুম্নমক অল্পপ্রাণ সংবার, নাদ, ঘোষ হাইরি। অল্পপ্রাণ (মথরাই শোনবা), সংবার (খৌরী মখিন শুপচিন্না উচ্চারণ তৌবা), নাদ [য়াংনা ভংদুনা উচ্চারণ তৌবা], ঘোষ (লুম্ন ভংদুনা উচ্চারণ তৌবা) হাইবনি।

৭০। প্রাচীন শাস্ত্র পুম্নমক্তা স্বর ময়েকসিংদা অয়াঙবনা অসিনি, অরুম্বনা অসিনি হাইবা তোঙাম্না পুখোক্তুনা তাক-লমদবদগী হ্রস্ব স্বরবর্ণতদা "অয়াংবা রাহৈ", দীর্ঘ স্বরবর্ণতদা "অরুম্বা রাহৈ" হাইনা শিজন্নবা চুমল্লে (লাল্লে) হাইবা মতাঙ অসিদা ভাব ভানা খল্লদবা ওঈ। (১)।

৭০। (ক) *সংস্কৃত, হিন্দীনচিংবা লোন্দগী*

---

(১) স্বর ময়েক্তা অয়াঙবা ব্যঞ্জন ময়েক্তা চঙলগা অয়াঙবা (অঘোষ), অরুম্বদা চঙলগা অরুম্বা (ঘোষ) রাহৈ ওঈ। মাহুদিঃ— ক, খি অয়াঙবা। গি, ঘি অরুম্বা।

মৈতৈলোন্না খোম্বাং অমা নেমথবনা হ্রস্বদা অরুম্বা, দীর্ঘদা অয়াঙবা রাহৈ হাইবদি প্রমাণ (নাতৈ) চাবে।
(খ) শিক্ষা, কল্প, ছন্দ, কোষনচিংবনা হ্রস্ব (অঘোষ= অয়াঙবা), দীর্ঘ (ঘোষ=অরুম্ব) রাহৈ হাইনা অর্থ তৌরম্রে। হ্রস্ব (লঘু) অনেম্ব, দীর্ঘ (গুরু) অরাঙবা স্বরবর্ণ (স্বরময়েক) হাইনা অর্থ তৌরম্মে। অতেল অশাঙ হাইনম্ব অর্থ তৌরম্মে। মখাগী কোষ্ঠ অসি য়েংলগা ভাব তাগনি। রূপমালাদগী লৌখোকপনি।

*কোষ্ঠ*

| | | |
|---|---|---|
| ম'ত্র' ১ | মাত্র ২ | অ ৩, ই ৩, উ ৩, ঋ ৩, ৯ ৩ |
| অ, ই, উ, ঋ, ৯ | আ, ঈ, ঊ, ৠ | এ ৩, ঐ ৩, ও ৩, ঔ ৩ |
| | এ, ঐ, ও, ঔ | |
| "হ্রস্ব"। | "দীর্ঘ"। | প্লুত। ত্রি মাত্র (৩)। |
| অনেম্বা। | অরাঙবা। | য়াম্ন রাংবা। |
| অতেনবা। | অশাঙবা। | য়াম্না শাংবা। |

স্বর ময়েকসিং আসদা উদাত্তস্বর (অরাঙবা খোল), অনু-দাত্ত (অনেম্ব), (স্বরিত ময়াই ওইবা) খোল অমসুং অনুনাসিক, অননুনাসিক শানগদবনি।

---

✠ লাপ্পা কৌবা, ত্তোংখাত্নবা কপ্পা অমসুং ইশৈ শকপা মতমদা প্লুত স্বরগী ময়েক শিজইম্নে। খাহুদিং—হেহ্নর্গে ৩ হে দেবি ৩। হে হরে ৩।

৭১। চিন্ন ঙাঙননব ময়েকসিং ময়েকসিং অতুগী খোঙ্গোক মখল পুন্নমক পরেমেশ্বরনা চিন্দ শেম্বনি। চিন্ন ঙাঙলিবা ময়েকসিঙ্গী খোঙ্গোকসিং অছু মিৎনা উননবা অমস্তুং কাউদ্দননবা ব্রহ্মা অমস্তুং মহাদেববনা (শম্ভূনা) মূর্ত্তি (মশক) ওঈনা পুখোক-পনি। মশক অছু ঋষিসিংনা ("শাস্ত্রকারী"সিংনা) সংজ্ঞা (মমিঙ) থোল্লগা লাঈরীক লেংই। মথা মথাগী পণ্ডিতসিংনা থারা অছু কাটদানা মথঙ মথঙ চথরকই।

## থাইনগী মত ওন্ন তৈনবা।

৭২। মৈতৈ লৈপাক্তা ইংরেজ সরকারনা পান্দ্রীতৈগী মমাঙ-দা থাইনগী (প্রাচীনগী) থারা (নিয়ম) কাইদানা অনেম্ব খোন্দা (হ্রস্ব-স্বরদা) মিতৈ জাতিগী খোঙ্গোক চপচানা বাঙলা ময়েক চপ্রিতৈদা হকচাঙী "ম্নি," চৎলবদা "ই," "মি, নুপি" হাইনা য়ীরমন্নি (ঈরমই)। ইংরেজ সরকানা পাল্লবা মতুঙদা দীর্ঘদা অনেম্ব (অরূম্ব) খোল লৌহুনা ঈ, মী, নুপী হাইনা ছাপা নম্বদা য়াওখ্রে; হ্রস্ব ই, উগা দীর্ঘ ঈ, ঊগা অনেম অরাঙ খোঙ্গোক ওন্নখ্রে। ওন্নগ্রীবা অসি মৈতৈলোনগী লাঈবক থিবনি। অচুম্বা বনানগী থোঙ খিংবা হৌবনি।

৭৩। ইংশোক ১৯২৫ গী মে থাদা মণ্ডিক মণ্ডল চাউরথা ইডুকেসনগী মকোক মকোক ওঈরবা ভদ্রলোকসিংনা নিয়ম-মাবলী ওঈনা য়ীরম্বা "লাইরিক" মতেক থরদং শীঙ্গোকচগে'া মাহুদিং—

"৭" (টিঃ) "থাইননা হ্রস্ব-স্বরনা অনেম্বদা, দীর্ঘ স্বরনা

অৱাংবদা শীজিন্নৈ" ( ১ )। "মাসি (পাতঞ্জলী মহাভাষ্যগী ১। ২। ১গী ২৯-৩০) শাস্ত্রগী হৌনবী য়েংবদা হ্রস্বনা ৱাংবস্থ য়াই, দীর্ঘনা অনেম্বস্থ য়াই। মত্রগা হ্রস্ব-দীর্ঘ অনিমক্তা ৱাংবস্থ নেম্বস্থ য়াই। মরম অদুনা থাইনগী চৎনবীস্থ হুজিক্কী চৎনবীস্থ পাংথক্লি হাইবদি মাসিনা মচুম্লে হাঙৈনিংঙাই লৈতে" [২]।

---

[১] মতাও অসিদা হ্রস্ব-স্বরনা অনেম্ব খোল দীর্ঘ স্বরনা অৱাংবা খোল মহাদেবনা শেথ ময়েক্ত ওঙৈ হাইবসি থাঙৈ-শেংনা খণ্ডনগদবা ওঙৈ।

[২] নিয়মাবলীদা "মাসিনা মচুম্লে হাঙৈনিংঙাই লৈতে", হাইরিবা অসি য়াক্ষম খোক্তে। মরমদিঃ— "থাইননা হ্রস্বনা অনেম্বদা দীর্ঘনা অৱাংবদা শীজিন্নৈ" হাইরি। পাতঞ্জলী মহাভাষ্যনা হাইরিবা মরম অসিদি কোম্না মখাদা ফোঙ-দোক্লক্কে। নং ৭৪ দা য়েংউ।

"অদুদা হ্রস্ব দীর্ঘনা অনেম অরাং থাঙবা অসিনা খরগী মখৈতা ওইরবসু ঐখোইগী খুদোংচাবদি থোকলে, অদুনা মাসি পুমথা থাদোকপা য়াদে [১]। মকম অসিদা অমুক থাইনগী অসি লৌগত্রা, হুজিক্কী অসি লৌগত্রা হাঙনা য়েংবদা অকোনবগী [২] অসি হৈনখিবগী মীনা য়াম্বনে অমসুং লাইরিকনচিংবসু নমখিবনে মাসি থাদোক্তবনা খুদোংচাবা ভাই হাঙবদি হ্রস্ব ই, উনা অরাংবদা দীর্ঘ ঈ, ঊ না ঐখোইসু অনেম্বদা লৌরে [৩]।

---

[১] "মাসি পুমথা থাদোকপা য়াদে" হাইবা নিয়ম অসিনা হ্রস্ব ই, উ না অনেম্ব খোল, দীর্ঘ ঈ, ঊ না অরাঙবা খোল ওঈ হাইবা অসি অয়েপ্পা অচুম্বনি খঙনরে।

[২] "অকোনবগী" হাইবদি দীর্ঘ ঈ, ঊ না অনেম্ব খোল লৌবা, হ্রস্ব ই, উনা অরাংবা খোল লৌবা। "অসি," হাইবদি ওম-তৈনবা অসি হাইবনি।

[৩] হৈনখিবা "মীগী" (মিগী) অমসুং ভ্রমদগী ওমনা নমখিবা [ছাপা তৌথীবা] লাঈরিক্কী মগুণ অচুম্ব ওঈনা খমগদবগী শরুকপুদি মমাঙৈঙদগী চথরকপা. তূংকাওবা থারা চূম চথনবা মতুঙগী ছাপা নম্বদা থৈদোক থৈজিন তৌবনা ফরমগনি। মতুংদসু থৈদোক থৈজিন য়াথীগনি খল্লি। নত্রবদি ময়েক্কী খোল খঙলরোঈ।

"৮"। "হ্রস্বনা অরাংবদা দীর্ঘনা অনেম্বদা চৎনগনি হায়ীবা পথাপ অসি লৈদি লৈরগা মমাংঙৈদগী হৌনা পুমচৎ চৎনবা হোৎনরক্কবা নক্রগা ইনরক্কবা [১] মরম্না হুজিক্কা অমুক পথাপ অসি পুমচৎ চৎসি হায়রবদি ই, ঈ, উ, ঊ হোংদোক হোংজিনগী কূমৈ অমা থোকপা তারে [২]। মরম অছুনা হোংদবা য়াদবা মকমগীদমক মথাদা পথাপ খর পীরি।

---

[১] "হোৎনরক্কবা নক্রগা ইনরক্কবা" হায়বা ৱাহৈ পরেং অসিনা মথক্তা হায়ঞিবা "হ্রস্ব ই, উ না অরাংবদা, দীর্ঘ ঈ, ঊ না অনেম্ব খোন্দা লৌরমদে হায়বা তাক্লে।

[২] "ই, ঈ, উ, ঊ হোংদোক হোংজিনগী কূমৈ অমা থোকপা তারে" হায়বা ৱাহৈ পরেং অসিনা হোংদোকপা য়াদে হায়ব ফোংদোক্লে। অঙ্গুবু মৈতৈলোনগী লায়বক থিবনা "দীর্ঘ ঈ, ঊ না ঐখোইস্তু অনেম্বদা লৌরে" হায়বা মত অতুদা চৎনরে। চৎনরীবসে ব্যাকরণ, ছন্দ কোষগী মত মক্তি নক্রে। অহানবা নমথিবা ছাপাগী মগুণ ঙাকপনি।

"সিলেখল অমত্তা ঙাইবা রাহৈ পুম্নমক হ্রস্ব দীর্ঘ না অরাংবা অনেম্বা খংনগনি। মাতুদিঃ ফি ( শেংন ইন্নবা ) * ই [ য়ুম-কৈ কুপ্নবা নাপী ], ঈ [ হকচাংদগী খোকপা ঈশিং ], মী [তাইবং], মি [তিল মরম অমা], হি [ঈশিংদা হোম্নবা] ম [তু] শুপী ম (তু)" হকচাংদা হৌবা অসিনচিংবা নিয়মাবলী অহুদা য়ীদুনা লৈ। বানানসিং অসি খৃষ্টাব্দ ১৮৯২ গী মথাদা পুখোরকপনি। হাইরিবা খৃঃ অসিগী মথক্তুদি মতু [হুপি], মতু [হকচাংদা হৌবা], "কী"। য়ী=ঈ [চরোৎ] "য়ি=ই" [হকচাংদগী খোকপা], "মি" [ নর ] মী [ তাইবং মিগী মমী নত্রগা তিল মথল অমা ] "হী" [নৌকা] হাইনা য়ীরময়ি।

৭৪। নং "৭" (টিঃ) নংদা পাতঞ্জলী মহাভাষ্যনা হাইখিবা হ্রস্বনা রাংবসু য়াই, দীর্ঘনা নেম্বসু য়াই নত্রগা হ্রস্ব দীর্ঘ অনিমক্কা রাংবসু নেম্বসু য়াই" হাইরিবা অসি ময়েক্তা ওঈগনি, খোঙ্খোক্তা নত্তে। মরমদিঃ—সংস্কৃত ভাষাগী শব্দদি ( য়াহৈদি ) সন্ধি, বচন ( একবচন, দ্বিবচন, বহুবন ) লিঙ্গ অমসুং প্রত্যয়গী মতুঙঈন্না "সূত্র" পিরগা হ্রস্ব ই, উ গী মফমদা দীর্ঘ ঈ, উ না মহুৎ শীল্লি। দীর্ঘ ঈ, উ গী মফমদা হ্রস্ব ই, উ না মহুৎ শীন্দুনা ঈনৈ। করীগুম্বা কালদা বিকল্প

---

* "ফি, ই" অসিনচিংবদা য়ীরীবা অসি মাত্র অমসুং স্বরদা ভঙ্গ ওঈ খঙনগনি। মরমদি "কীয়ী" হাইরমই।

ওঈনা (অনিখোক্পা) হাইবদি হ্রস্ব, দীর্ঘ অনিখোক্পা ঈনৈ। ব্যাকরণশিং য়েংলগা খ৺নি। ময়েক্তা খোঞ্জেল লৈ মিদা লৈবগুম্না। তোম্বনা পুবা মকমদা তোম্বীনা শীল্লবদা তোম্বগী খোঞ্জেল অহু তোম্বী দেবীনা ওঈদবগুম্না অনেম্ব খোল (হ্রস্ব স্বর) ওঈবা হ্রস্ব ই, উ না অরাঙবা দীর্ঘ ঈ, ঊ গী খোল ওঈবা হৌনদে।

৭৫। ইংগল হাম্বদা ছাপা নমখিবা "লাইরিক"শিঙ্গী মগুণ ঙাক্তুনা হ্রস্ব ই, উ গী অনেম্ব খোনগা দীর্ঘ ঈ, ঊ গী অরাঙবা (অশাঙবা) খোনগা ওন্ন-তৈনগদবগী শরুক্পুদি থাই-নদগী চত্থরকপা শিবগী মত শাস্ত্রশিঙ্গী নিয়মদা থম্বনা তূঙ্গী (কলি যুগ অসিমগী) যুম্বি ওঈনহৌগান। ময়েক্কী খোম্হোক চুম্নবদি হৈনদবস্থ হৈনরক্কনি, মিরৈবাক মচানস্থ তম্নরক্কনি।

৭৬। হ্রস্ব, দীর্ঘ, প্লুত স্বরবর্ণবু হরিনামামৃত ব্যাকরণ-না অনেম্ব, অরাঙবা, য়াম্না রাংবা খোন্নি খঙননবা মূর্ত্তি ওঈনা পুখোক্লী। মাহুদিঃ— "বামন, ত্রিবিক্রম, মহাপুরুষ" অসিনি। খোম্হোক্পা য়েনগী খোম্হোক অহুমদা প্রমাণ পিন্নি। মাহুদিঃ— ই, ঈ, ই ৩।

## মৈতৈ ময়েক।

৭৭। মৈতৈ ময়েক অসি অহানবদা মসিঙ ১৮ (তরানিপান-তনি) হাইদুনা খবরদা ফোঙলিবা অসি অচুম্বা ওঈগনি। প্রমাণদি, ওঁ হাইবা "ভার" (প্রণব) অসিদগী ময়েক্কী মপৈ (সত্ব) অমসুং চতুর্দ্দশ বিদ্যা পোকই হাইবা অমুগুম্বনি।

(ক) অহানবদা ময়েক ১৮ দা ঙাইরমহুনস্ন চখরকপা মতমগী মতুঙ-ঈন্না বাঙ্গলা অমস্নুং নাগরীগী ময়েক্কা ব্যঞ্জন ময়েক স্বর ময়েক, চৈতপকী মশিঙ মান্নরে। হ্রস্ব ইকার, দীর্ঘ ঈকার তপ্পগী ওই, য়েৎ মাইকৈস্ন মান্নরে। খুদমদি, "ম্নি, মি অমস্নুং ম্নী, মী, মমী (ছায়া) গৌরী"।

শ্রী, "শ্রীজুত স্ত্রী" অসিনচিংবা। মৈতৈ ময়েক্কগী শীস্লোক-পানি, ময়েক মশক, মশক মান্নদবতনি।

৭৮। মৈতৈ ময়েক্তা ই, ঈ; উ, ঊঃ ঋ, ৠ; ঌ, ৡ ময়েক নিপাল অসিগী মহুত্তা য়ি য়ী, রু রূ, রি রী; লি লী হাইবা ময়েক নিপাল অসিনা ওঈ (চৎনৈ)। অনি, অনিগী মমাঙ মমাঙথংবা অনেম্ব খোল (হ্রস্ব স্বর), মতুঙ থংবনা অরাঙবা খোল (দীর্ঘ স্বর) ওঈ। খুদমদিঃ— "য়িপা রিপু"। "য়ীজররে"।

ঋ ৠ, ঌ ৡ গী মহুত্তা রি রী, লি লীনা শীন্দুনা চৎনবগী মতম দেব নাগরী বর্ণবিন্যাসগী মতাঙদা য়াউরি।

৭৯। খোম্মোক খেন্নবা (অনেম, অরাঙ নাঈবা) মৈতৈলোনগী রিগা ময়াঙলোনগী রিগা উচ্চারন্দা মৈতৈলোন্না নেমথৈ (লূমথৈ)। মৈতৈ-লোন্দা "কোম্নি খুদোপ"। ময়াঙ লোন্দা "করিকুম্ভ" (শামুগী পুংদোংকম)। "রী' দি য়াম্না মান্নৈ। মাহুদিঃ— মৈতৈ লোন্দা করীগূম্বা। ময়াঙ লোন্দা করী" (শামু-লাবা)।

৮০। ইংরেজ সরকারনা পাল্লকপা মচিল খৃষ্টাব্দ ১৮৯২ (শকাব্দা ১৮১৪ গী) মতুঙদা "মীতৈলোনগী ব্যাকরণ অহানবা" লেংবা কাব্যকারনা (কবিনা) মহাদেবনা ময়েক শেমথৈওদগী অরাঙবা (অশাঙবা) খোল্লা প্রসিদ্ধ ওঈদুনা লৈজরবা, মাত্রা অনিনা ওঈরবা দীর্ঘ ঈ, ঊ বু "অরূম্বা রাহৈ" হাইদুনা হ্রস্ব ই, উ গী অনেম্ব (অরুম্ব) খোজেন্দা ওঈহন্দুনা ছাপা নমখোকপ্রে। হ্রস্বগা দীর্ঘগা খোম্থোক ওল্লপ্রে। নমখিবা ছাপা ময়েক্কী মতুঙঈন্না (মীন্না) খ-র খ-র চথরকপদগী খৃষ্টাব্দ ১৯১৫ রাঈদগী চহি খুদিঙ্গী মথঙ মথঙ চাওখৎলক্কুনা হৌজিক্কি মপুঙ ফারক্লে। হ্রস্ব-স্বর বর্ণ ওঈবা ই, উ না "মাত্র অনি ওঈপ্রে। * অরাংবা রাহৈ হাইখরে। হ্রস্বগা দীর্ঘগা খোম্থোক ওল্লখরে।

৮১। হ্রস্ব, দীর্ঘ খোম্থোক ওল্ল-তৈননা চৎপা পথাপ অসি অচুম্বা অমা ওঈনা চৎনরে অমসুং মিথোঙ খুদিঙনা হৈনরেদি হাইববু তৌঈগুম্বসুং শিক্ষা, কল্প (ন্যায়শাস্ত্র) ব্যাকরণ, ছন্দ, কোষ অমসুং ডিক্সনারিগী নিয়ম পানশীনবসু য়াগ্রে অদুগা

---

* একমাত্রো ভবেদ্ধ্রস্বো দ্বিমাত্রো দীর্ঘ উচ্যতে। ত্রিমাত্রস্তু প্লুতো জ্ঞেয়ো ব্যঞ্জনং চার্ধমাত্রকম॥ ইতি সারস্বত ব্যাকরণে।

অর্থ। শম্ম হাইরগে। হ্রস্বনা মাত্র অমা, দীর্ঘনা মাত্র অনি, প্লুতনা মাত্র অহুম (৩), ব্যঞ্জন ময়েক্না মাত্র মখাই অমা (ক্ খ্)। য়্, ঙ্ অসিনচিংবা।

হ্রস্ব, দীর্ঘ, প্লুত-স্বরগী (অনেম, অরাঙ. য়াম্ন=(হেন্ন) ৱাংবা খোনগী) অনুক্রম, উৎক্রম তৌবদা চাইবদি মথঙশিংনা চথব', মথঙশিংনা হঙ্গৎলকপদা "মাত্র (মাত্রা)" গী [১] মিয়ম পাল্লকপদা মাত্রগা খোল্লোক্কা চানজে।

মথল অমরোমদা হাইরগস্নু মিতৈগী পণ্ডিত অহৈবনা থাইনা মমাঙৈঙদগী হ্রস্ব ই, উ দা অরাঙবা [অশাঙবা, অয়াঙ-বা] খোল লৌহুনা চথরকপা পথাপস্নু নত্তে। লোল অতৈদগী খোল্লাং অমা নেমথরবা মিতৈ জাতিগী খোল্লোক মতুঙ য়ীন্না [ঈন্না], থাইনদগী চথরকপা নিয়ম [পথাপ] কাইদনা হিন্দু শাস্ত্রসিঙ্গী মত-না [মতৌনা] চুনরবা, মাত্র অমতা ওাইরবা হ্রস্ব ই, উ দা অনেম্ব [ অরুম্ব ] খোল, মাত্র অনি ওঈবা দীর্ঘ ঈ, ঊ দা অরাঙবা [ অয়াঙবা = অশাঙবা ] খোল অমস্তুং মাত্র অহুম ওঈবা প্লুত ই ৩, উ ৩ দা য়াম্ন-ৱাংবা [লাপ্নকৌবা, ঈশৈ শকপা য়াবা] খোল লৌহুনা য়ীজরি। মসি প্রজা পুন্নমক্কী ওঈবীনবা, শাস্ত্রগী হৌনবা নিয়মদা লেপ্পীনবা ঈজবনি।

৮২। "লঘু=হ্রস্ব=খর্ব্ব" [=অর্থ, অতেনবা, অনেম্ব]। "গুরু=দীর্ঘ=উচ্চ" [অর্থ, অশাঙবা, অরাঙবা]। মাসি কোষগী মতনি।

---

[১] "মাত্র": হাইবনা পুংলিঙ্গ। মাত্রা, স্ত্রীলিঙ্গ। মথঙ-শিংনা থাক, থাক ৱাঙ্খৎপা [কাখৎপা] মথঙশিংনা থাক ২ নেমথরকপা [কুমথরকপা] জগৎকী নিয়ম-নি। মাত্রা অমা, অনি, অহুম-নি।

কোষ.রূপমালা, মুগ্ধবোধ, সারস্বত, পাণিনীয় ব্যাকরণ অমসুং ছন্দ শস্ত্রনা লঘু=হ্রস্ব। গুরু=দীর্ঘ হাইরি।

৮৩। উদাত্ত. অনুদাত্ত, স্বরিত [মৈতৈলোন্দা হাইরগা অরাঙ-বা, অনেম্ব, ময়াই ওঈবা] খোল হাইবনি।

"স্বরিত স্বর" [ =লঘু গুরু মিলিত স্বর, উদাত্ত অনুদাত্ত মিলিত স্বর"। মৈতৈলোন্দা হাইরগা অনেম্বগা অরাঙবগা তীন্নদূনা থোকপা খোল. নত্রগা অরাঙবগা অনেম্বগা তীন্নতুনা থোকপা খোল। মাসি কোষগী মতনি। লঘুগা অনুদাত্তগা, গুরুগা উদাত্তগা খোঙ্খোক মান্নে হাইবা অমসুং লঘুদা [হ্রস্বদা] অনেম্ব খোল, গুরুদা [দীর্ঘদা] অরাঙবা খোল হাইবদা দোষ লৈতে অচুম্বনি হাইবা মফম অসিদা খন্দবা ওঈ। হ্রস্ব স্বরদগী দীর্ঘনা মাত্রা অমা রাঙ্খৎনা শাংনা (কূঈনা) চীংদুনা উচ্চারণ তৌয়ী হাইবগীদমক দীর্ঘদা অশাঙবা হাইবনি।

## ( খোম্বোক্কী মখল খেন্নবা )

৮৪। মৈতৈলোন্দা, হ্রস্ব ই, উ গা দীর্ঘ ঈ, ঊ গা খোম্বোক খেন্নবা অনেম অরাঙ হাইগনি। ময়েক চপ মান্নবা য়াহৈ অমতনা অর্থ তোঙান তোঙানবা অনেম অরাঙ হাইগনি। ময়াঙ, মৈতৈলোল অনিগী খোম্বোক খেন্নবা অনেম, অরাঙ হাইগনি। হ্রস্ব "ই" গা, "য়" গা অনেম্ব খোন্দা মান্নৈ, দীর্ঘ ঈ না মাত্রা অনি ওঈবদগী খোল য়াংই খঙনগনি। 'ই' গা 'য়' গাদ মাত্রা অমনি।

৮৫। খোম্বোকসিং অসি খুদম (চিহ্ন) হাপ্প নত্তনদি অরেপ্প খঙবা ওম্মরোঈ হাইহ্রনা ঐনা লেংজবা শব্দ-নির্ণয় মঞ্জুরী অমসুং খোম্বোক্কী মখল পুখোকপা লাঈরীক অনিমক্তা "সাহিত্য প্রবেশ" কৌবা পুস্তক্কী লৌখোক্না চিহ্ন (খুদম) চাপচরি। খুদমসিং অদু মৈতৈলোন্দদি থাইনদগী উরক্তবনিনা ঙক্নি, য়ানীংলোঈ অমসুং চৈগনি। মূল্না খগুবিরগা য়াবিক্ষম খোকই। মরমদিঃ—

৮৬। থাইনগী প্রসিদ্ধ ওঈরবা মুনি (ঋষি) সিংনা বেদবু গান তৌবদা উচ্চারণগী খোল অনেম্ব অমসুং ময়াই ওঈবা খঙনবা পুরুষ সূক্ত, শ্রীসূক্তনচিংবা গ্রন্থসিংদা অনুদাত্ত অমসুং

---

⁕ মৈতৈলোন্দা মাত্রাগী মতুঙঈম্না "লাইরিক" "লায়রিক হ্রস্ব খোম্বোক্তা মান্নৈ। অমাঙবা খোন্দা মাত্রা অনি ওঈবনা লাঈরীক"।

স্বরিত-স্বরগী খুদম (চিহ্ন) হাপয়ি (হাপ্লই)। পাণিনীয় ব্যাকরণ দস্মু সংজ্ঞা প্রকরণ-দা অনুদাত্ত, স্বরিত—স্বরগী খুদম হাপ্লি। ছন্দমঞ্জরী, পিঙ্গল-ছন্দ, শ্রুতবোধনচিংবা ছন্দশাস্ত্র-চিংদা লঘু (হ্রস্বগী) অনেম (অতেনবা) খোল অমস্মুং গুরুগী (দীর্ঘগী) অরাঙবা (অশাঙবা) খোল খঙনবা চিহ্ন হাপ্লি। সাহিত্য প্রবেশদস্মু উদাত্তনচিংবগী খুদম হাপ্লি। ইশৈগী লাঈরীক্কুস্মু রাগ, রাগিনীগী শৈহেক শৈদা খঙনবা খুদম হাপ্লি। অরাইবদা হাইরগা অঙ্ক অমস্মুং জ্যামিতিদা খুদম্মা খঙনরি। কোমা, সেমিকোলোনচিংবা খুদম হাপ্লগা মরম কয়া কয়া খঙনরি। মরম অসিনা মৈতৈলোন্দস্মু খুদম (চিহ্ন) হাপ্লগা খোঙ্গোঙ্গী অনেম অরাঙ খজনি।

৮৭। বাঙলা লোল, সংস্কৃত, হিন্দী যাবনিক (উর্দ্দূ) অমস্মুং ইংরেজী লোল; হাইরিবা লোলসিং অসিগী রাহৈসিংনা মৈতৈ-লোলগী রাহৈসিঙ্গী মরক্তা য়াওহুনা কয়া কয়া চৎনরি। হাইরিবা লোনসিং অসিগী মরক্তা বাঙলা অমস্মুং সংস্কৃতগী রাহৈনা য়াম্ন চৎনৈ। হৌজিক্কি ইংরেজীগী রাহৈনা চঙি খুদিঙ্গী হেনগৎলকই। হায়াবা লোলসিং অসিগী উদাহরণ মপুঙফানা উৎলবদি লাঈরীক চাউথ্রগনি; খজিক্কং উৎকে। মাতুদিঃ— "কাল" (মতম) হাইবা রাহৈ অসি সংস্কৃত অমস্মুং বাঙলা লোন্নি। "খুড়া, মামা" হাইনরীবা রাহৈ অসিনা প্রাকৃত লোন্নি। "সড়ক" (লমজাও) হাইনরীবা অসিনা হিন্দীনি। "চা" অমস্মুং "কাএদা" হাইনরীবা রাহৈ অনি অসিনা উর্দ্দূ লোন্নি। "টাইম" [মতম] হইরীবা রাহৈ অসিনা ইংরেজী লোন্নি।

## অরাবা (দুরূহ) য়াখল।

৮৮। মথক্তা হাইরিবা বাঙ্গলা সংস্কৃতনচিংবা লোনসিঙ্গী ময়েক অমসুং য়াহৈসিঙ্গী উচ্চারণ খোম্খোক্কগী মৈতৈলোনগী খোম্খাক্কা খোম্খাং অমা নেমথে। নেমথে হাইবসি ভাব ভাত্রগা লুমথে হাইনা খণ্ড্ ১ মাসি খণ্ডেরবদি জাতিগী খোম্খোক খণ্ডনা ময়েক অমসুং চৈশপ লৈ হাইহুনা হ্রস্ব-দীর্ঘগী মাত্রাগী নিয়ম নাঈদনা পণ্ডই-ঈবা ভাগনি। নং ৮৪ গা নং ৮৮ অসিগা হন্নহন্না পাদূনা চিনফা পূবীউ।

## খোম্খোক মান্নদবগী প্রমান।

৮৯। বাঙ্গলা, সংস্কৃতনচিংবা লোলসিং অসিগী হ্রস্ব ই, উ গা মৈতৈলোলগী হ্রস্ব ই, উ গা খোম্খোক মান্ননা লৌবদা দীর্ঘ ঈ, ঊ দা বাঙ্গলানচিংবগা মৈতৈলোনগা খোম্খোক ওম্খোক্না থিনা মান্নদে। কনাগী প্রমাণগূন্না মান্নদবগে? হংলবদা শায়ুনা খোংবগা শগোম্না খোংবগা মান্নদবগূমই।

[ক] বাঙ্গলানচিংবা লোলসিঙ্গী দীর্ঘ ঈ, ঊ গা মৈতৈলোলগী দীর্ঘ ঈ, ঊ গা উচ্চারণগী খোম্খোক মান্নন। লৌবদা হ্রস্ব ই, উ গী উচ্চারণ খোম্খোক্তা বাঙ্গলানচিংবা লোলগা মৈতৈলোলগা ওম্খোক্না থিনা মান্নদে। শেন্দাওনা খোংবগা কাক্না খোংবগা মথোল মান্নদবগূমই (গূময়ি) (১)। মাসি করীনা মাম্নত্রীবনো হাইবদা খোম্খোক খেন্নবননি। নং ৮৪ গা, নং ৮৯

(১) বিদেশগী ই, উ গা মৈতৈলোলগী ঈ, ঊ গা খোন্নেল চপ মান্নে নং ৯১ হন্ন হন্না পাবীয়ু।

(ক) অসিগা হন্না হন্না য়েংউ। মৈতৈগী খোম্বোক চানা হ্রস্ব, দীর্ঘ স্বর লৌগনি। ঈ মা। ঈমান্নবা।

৯০। মাগী মাগী জাতিগী রাহৈ য়ীবা অমস্তুং পাবা মতমদা মাগী মাগী জাতিগী খোম্বোক মতুঙঈন্না মাত্রা কাইদনা (কায়দনা) য়ীবা অমস্তুং পাবা, তৌগদবা ওঈ।

৯১। বাঙ্গলা. সংস্কৃতনচিংবা লোন্দগী মৈতৈলোন্না খোম্বাং অমা নেমথবনা মৈতৈলোলগী হ্রস্ব ই, উ গী অনেম্ব খোল অসি বাঙ্গলানচিংবগী উচ্চারণদা য়াওদে (লৈতে। মৈতৈ-লোলগী দীর্ঘ ঈ, উ অমস্তুং মখোই অনিনা তপ্পা ময়েক্কী খোলগা বাঙ্গলা, সংস্কৃতনচিংবা লোলগী হ্রস্ব ই, উ অমস্তুং মখোই অনিনা তপ্পা মম্নেক্কী খোলগা চপ মান্নে। মৈতৈ-লোলগী দীর্ঘ ঈ, উ দি বিকল্প ওঈনা কদাচিৎ (করীগুম্বা কালদা) বাঙ্গলানচিংবা লোলগী দীর্ঘ ঈ, উ গা মান্নবা য়াওয়ি।

৯২। খোম্বোকসিং অসি খুদম য়াউত্রবদি তাকপদা খঙবা য়াররোঈ। মথক্কী নং ৩০ দা হাইগ্রে। অতুমকপু অমূক হন্না হাইরগে।

### *“চিহ্ন (খুদম)”*।

৯৩। “ময়েক্কী মথক্তা লোংনা কোনবা (৺) খুদম হাপ্লগা অনুদাত্ত স্বর (অনেম্ব=অকম্ব) খোল ওঈ। ময়েক্কী মথক্তা কৈনা (—) চিংলগা স্বরিত স্বর (ময়াই ওঈনা রাংবা খোল

[১] হ্রস্ব“অ,” দীর্ঘ“আ” হাইরিবসি হিন্দীভাষা ব্যকরণদগী লৌথোকপনি।

ওঈ অমসুং ময়েক্কী মথক্তা মুংনা ( ! ) চিংলগা উদাত্ত স্বর (অরাংবা খোল) ওঈ"।

৯৪। মৈতৈলোলগী স্বর ময়েক্কী উচ্চারণগী মতৌদি হ্রস্বনা খোল মথৈ নেম্ন [লুমথনা]. দীর্ঘনা খোল মথৈ রাংনা [য়াংনা] উচ্চারণ তৌগনি। ঋ, ঋগা, ঋ, ঋগা রাহৈ চপ মান্নে। ৯, ৯গা ৯, ৯গা রাহৈ চপ মান্নে। মমাঙগী বংনা ঙং স্ব, মতুঙ থংবনা অরাঙব খোল ওঈ। "চতুর্দ্দশ স্বরাঃ [স্বর ময়েক ১৪নি। খোরেঅো [ও] খোরেআ হাইবা হৌনদে। "হ্রস্ব অ," [১] দীর্ঘ আ, হ্রস্ব ই, দীর্ঘ ঈ, হ্রস্ব উ, দীর্ঘ ঊ। অসিনচিংবা হাইগনি। এ, ঐ, ও, ঔ দদি নেম্ন [লুম্ন] হাইগনি। হাইরিবসি মৈতৈলোন্তগীনি। ময়াঙলোলগী নত্তে।

[ক] মৈতৈলোলগী স্বর ময়েক।

অ আ ই ঈ *উ ঊ ঋ ৠ ৯ ৡ

এ ঐ ও ঔ।

---

* নং ৯১ দা য়েংউ। মৈতৈলোলগী দীর্ঘ ঈ, ঊ গা বাঙ্গলা, সংস্কৃতনচিংবা লোলগী হ্রস্ব ই, উ গা খোম্থোক মান্নে হাইবা স্বরিত-স্বরগী খুদম থৈনা (—) চিংবা মাপ্পবদা থমদবা ওঈ।

[খ] খোম্বাং অমা রাংখৎলবা ময়াঙলোনগী স্বর ময়েক।

অ আ ই * ঈ উ ঊ ঋ ৠ

ঌ ৡ এ ঐ ও ঔ

হ্রস্বনা তেম্ন', দীর্ঘনা শাংনা (রাঙ্খৎনা) চীংদুনা হাইগনি (উচ্চারণ তৌগনি) সন্ধ্য ক্ষর এ, ঐ নচিংবশু।

[গ] মৈতৈলোন্দি ময়েক অমতনা অমস্তুং ময়েক চপ মান্নবা রাহৈ অমতনা অর্থ তোঙান তোঙানবা রাহৈ কয়ামরুম য়াওবদগী

অ অ! এ ঐ ও ঔ অমস্তুং মখোই তরুক্না

তপ্পা ময়েক্কী খোন্দি অনেম, অরাঙ, লোল অনিগী খোম্লোক শিজিন্নৈ। অদুগা অর্থদি জাতিগী মতুঙ-ইন্না মান্নদবশু য়াওই।

অনেম্ব খোল। অর্থ অরাঙবা। অর্থ

ইশা য়িশা = ঐগী হকচাঙ। ঈশা = ঐগী শাগল।

ই (য়ি) = হকচাঙ্গী ইশিঙ। ঈ, য়ী = চরোৎ।

পয়া অসি উইরে গীতা পারে। ফী পারে।

অঙাঙ অসি উঈরে। খ-র লাপ্পদা অসী হাইগনি। *।

---

* ই ঈ উ ঊ মাসিনা ইং-শক ১৯২৫ গী অনৌবা "নিয়ম"-নি। নং ৭৩। "৭" [টি] গী রারেঙ মুম্না য়েংউ। নব্য মতমনি, শাস্ত্রগী মত নত্তে।

অনেম্ব খোন্দা শর্ম অর্থ কোক্নী শর্ম।

অরাঙবা খোন্দা শম=থুম্থুক মখল অমা।

সংস্কৃতদা শর্ম = অর্থ, মঙ্গল।

চা, চা। লা, লা। ফারে, ফারে অসিনচিংবা।

অসিদগী অরাৎপদি ঐনা লেংজবা শব্দনির্ণয়মঞ্জীরদা য়েংবীউ।

চিঙ, চিং, চীং রাহৈ অহুম অসি মথঙ মথঙ থাক নাইনা

রাংবীউ। ঐ, ঐখোই। ঐ, ঐরাবত।

---

(খ)। ঐনা হন্দক মৈতৈলোলগী বানানগী মরমদা ময়েক্কী খোন্থোক, জাতিগী খোলহাই খোন্থোক, প্রমাণ অমস্তুং চিহ্ন, উদাহরণ মতেক খ-র খ-র তং উচ্চরীবা অসিনা সূত্রগী মশক ওঙ্গৈরগা, বৃত্তি (ব্যাখ্যান) ওঙ্গৈবীরসনু। হাইবদি শব্দোক্না খণ্ডবিরসনু।

১। পাব ২। পাব ৩। পা ব। খোন্থোক মান্নদে।

অর্থদি ১। পাব [লনবা] ২। পাব [ইপা] ৩। পাব (লাঙ্গৈরীক পাব) রারেঙ অসি, ঔবাঙ্গৈরগ: হৈগনি।

৯৫। ছন্দ-শাস্ত্র অমা হৈরগা সংস্কৃত ভাষাগী শাস্ত্র পুম্নমক্কী লঘু (হ্রস্ব), গুরু (দীর্ঘ) খণ্ডবগুম্ন মৈতৈলোন্দসু মথক্তা হাপ-খিবা খুদমসিং অসি হাপ্পা লাঙ্গৈরীক মচা অমা খণ্ডবদগী

খুদম য়াওদবা লাঈরীক পুম্নমক খোম্বোক খঙনি। ময়েক্তি মাম্নবা খোম্বোক্তি মাম্নদবা মক্ষমদসু য়াম্ন কাম্নগনি।

খ ঞ বা। খ ঞ বা।

৯৬। মৈতৈলোন্দি জাতি অমগী লোল মরক্তা চঙহুনা য়'ওরুবদা তল্লী [চঙানিঙত্রী]। জাতি অতৈগী লোন্দি মৈতৈ-লোলগী মরক্তা চঙহুনা শিঙ্গিম্নরি। দীর্ঘদা অরাঙবা [অশাঙবা] হাইগদবদা " অরাম্বা রাহৈ" নত্রগা অনেম্ব খোল লৌহুনা চৎনখিবদগী বেদগী অঙ্গ অরুক্তা চুনদদুনা চঙনিঙত্রীবনি।

৯৭। উপায়কৃত-তত্ত্ব, শব্দনির্ণয়মঞ্জরী, [১] খোম্বোক্কা মখল পুথোকপা অমসুং হাম্নগী মথগু লাঈরীক মরি অসি শকাব্দাঃ ১৮৯৫ [খৃঃ ১৯৭৩] গী মতুঙদদি অঙৌবদা অম্নবা তাথীবগা, মতমগী খোঙচৎনা অচুম্বা থোঞকপগনা অভিধান [কোষ] ওঈনয়কনি। হৌজিক্তি রুদ্রগী য়ুগনি ভাব লৌবা খ-র রাখগনি [হৈনরোঈ]। বুদ্ধি ক্ববা মিতানা হৌজিক হৈগনি। —

## ১ম প্রার্থনা।

"আকাশাৎ পতিতং তোয়ং-যথা গচ্ছতি সাগরম।
সর্ব্বদেবং নমস্কারঃ কেশবং প্রতিগচ্ছতি"॥

হে হৃষাকেশ! হে কৃষ্ণ! ইবুঙঙোগী থৌজান্দগী ননাঈনা লেংজবা লাঈরীক্তি। ননাঈ ঐদি অক্ষরগী মশক্তি উজে, অতুগা মরমদি খঙজদে। ননাঈ ঐনা মপোক অসিমগী খন্দুনা ফংলরোঈদবা খোম্বোক্কী মখল অয়াম্বা অমসুং খোম্বোক অতুগী অরেম্বা খঙবদা চৈতপ, চিহ্ন (খুদম) লাঈরীক মখল-মখা

১। শব্দনির্ণয় মঞ্জরীদি অ আদগী অং, অঃ কাওবগী খোম্লেল শূরবা, অভিধানগূম্বনি।

অয়াম্বদা কনয়াম্ন লৈদূনম্ন মতাঙ চানা, মক্ম খঙনা, মরুম চূন্না, খোঞ্জেল খঙনা শিঞ্জিন্নত্রবদি লৈত্তবগা মাৱৈ। অচুম্বু মতাঙ চানবা স্মরণ শক্তি অমসুং দর্শন শক্তি পিত্নুনা য়ীহল্লে। অরাল অত্থুঈ পুন্নমক ঙাকপিয়ু। হে কেশব ৩। ঐঙোন্দা স্মরণ শক্তি পিবিবা অসিগুম্না িপুম খুদিঙদা পিনবিয়ু। মত্রবদি ভাব লৌবা য়াৱগনি। হৈবা ওম্বরোঈ।

ইতি সম্পূর্ণঃ।

---

শ্রীযুক্ত জ্যোতিষ ভূষন্না লেংবা লাঈৱীক অসিনা মৈতৈলোলগা বাঙ্গলা, সংস্কৃতনচিংবা লোলগা অনেম অৱাঙ (অরুম, অয়াঙ) খোম্থোক খেন্নবা খাইদোক্লগা (খাম্বদোক্লগা) হ্রস্ব, দীর্ঘ, প্লুত স্বরবর্ণদা ব্যাকরণগী হৌনবা মাত্রাগী নিয়ম কাইদনা খোম্থোক লৌত্নুনা য়ীবা অসিগুম্বা অফবা লাঈৱীক য়াওত্রি। নং ৭৩ দগী নং ৭৫ ফাওবা হন্ন হন্না পারগা নং ৮৪ দগী ৯৫ ফাওবা পাবদা মরোল পুন্নমকী ভাব খঙলগনি। অতৈ য়াম্ন পান্নত্রবম্ন নং ৮৪। ৮৯ দগী ৯১ ফাওবা পাবদা অংম্না ভাব ভারগনি। লাঈৱীক অসি খ্রিখোঙ খুদিঙনা খমদুনা হৈননবা হোৎনবা মণিপুরগী বানানগী মৱমদা মৈতৈলোন্তুদি অচুম্ব অমা ওঈগনি নিঙ্গরে।

ডাক্তর, শ্রীওইনাম হরিনারায়ণ সিংহ আয়ুর্ব্বেদ রসায়না চার্য্য।

শগোলবন্দ শয়াং রোড ইম্ফাল।

---

## নিয়ম নাঙ্গৈদবা।

(ক)। হ্রস্ব, দীর্ঘ, প্লুত স্বরবর্ণগী (অনেম্ব, অরাঙবা, য়াম্ন রাংবা খোঞ্জেন্না ওঈবা ময়েক্কী) মাত্রা (মায়েক্কী মূর্ত্তি) নিঙ-শিঙছনা শিঙ্গিন্নদবদগী মিতৈলোলগী রাহৈগী বানানগী খোঞ্জোক অসি মৈতৈ ময়েক্কবু য়ীরবস্থ, বাঙ্গলা ময়েক্কবু য়ীরবস্থ হ্রস্ব ইকার, উকার অমস্থং দীর্ঘ ঈকার, ঊকার তপ্পদা অরেপ্পা নিয়ম নাঙ্গৈদবগুম তৌরগা রাহৈ মপুঙ ফাননবত্তা ময়ি।

## নিয়ম নাঙ্গৈবা।

(খ)। মথক্তা হাইগ্রিবা হ্রস্ব ইকারনচিংবা চৈতপসিং অছুনা নিয়ম নাঙ্গৈনা রাহৈ মপুঙ ফাননবত্তা তপ্পুনা য়ীদূনস্থ নিয়ম চুন্ন য়ীবা (ঈবা), হোংদোকপা য়াদ্রবা কণ্ঠ স্বরগা হস্ত স্বরগা চপ চানরবা রাহৈ কয়ামরুম মিতৈগী অহৈবা পণ্ডিতসিংনা য়ীদূনা (ঈদূনা) থনমই, (থনময়ি)। মাহুদিঃ— অনেম্ব খোল (হ্রস্ব-স্বর) "য়ি, য়িমা" = "ই, ইমা"। অরাঙবা খোল (দীর্ঘ স্বর) "য়ী, য়ীজরকে" = ঈ, ঈজরকে। হকচাঙ্গী য়িদা (ইদা) দীর্ঘ ঈ (য়ী) শিঙ্গিন্নবসি নিয়ম নত্তে, দীর্ঘ স্বরগী মাত্রাগা চুনদে। ব্যাকরণ অমস্থং অভিধানগী মত নত্তে। মিতৈগী থাইনগী ধারাস্থ নত্তে।

## শীজোকপা মকল।

[গ]। খৃষ্টাব্দ ১৮৯০ [শকাব্দা ১৮১২] গী মথক ইংরেজ সরকারনা পাদ্রীশৈদা য়ীরম্বা থুংনা য়ীবা মায়েক্কী খোঞ্জেনগা [হস্ত-স্বরগা] চিন্ন তাঙবা মায়েক্কী খোঞ্জেনগা [কণ্ঠ-স্বরগা]

চপ মাষরবা, হ্রস্ব দীর্ঘ খোম্থোক কাইদ্রবা রাহৈ খ-র খ-রভং লাঈরীক মমিঙ্গা লোইননা শীন্দোকে। মাহুদিঃ—

১। মৈতৈ ময়েক্কা য়ীবা, সুবিকা লাঈশাবদা য়াওবা হাই-গে। "শ্রীমহাদেপ্‌পু, য়ীচাপা লাঈরীকনে, মিনা য়েকনএ, লীন" [সর্প]।

২। মৈতৈ ময়েক্কা য়ীবা, স্ত্রী চরীত্র স্মৃতী" কৌবীদা য়াওবা হাইগে। "লীনচেন, হাইপি, মিতুঙ, মিমাঙ, শ্রী"। "হুপি"।

৩। মৈতৈ ময়েক্কা য়ীবা, "থেপারোন", [থেবরোন] দা য়াওবা হাইগে। "য়িরাই হুমিৎ, য়ী-চারকে, মাকী, [মাগী], শ্রী, থৌনীতি, কারীনীংনাং, মিকী হকসাঙতা, মী [১], কীসেৎতি, য়ীতোমতনে হে মিওঈপা"।

৪। মৈতৈ ময়েক্কা য়ীবা থৌনীরোল্দা য়াওবা হাইগে। "১০নী, ২০নী, ৩০নী পানবা লাঈনা [১] মি চাইএ"।

৫। মৈতৈ ময়েক্কা য়ীবা "পোংনিংলোন্দা" য়াওবা হাইগে। লাপোৎ সিঙপোং, চিঙ, শ্রী"। চিঙ [পর্ব্বত]।

৬। বাঙ্গলা ময়েক্কা ঈবা "পুদিন" "লাইরিক" য়াওবা হাইগে। "য়িসিং, ইসিং, য়িমা, মি, মিকী মখূৎতা" 'হাইনা' "পুঙ, মিৎকুপ"।

---

(১) "মী" হাইবদি মমী (ছায়া) অমসুং তিল লাৎ অমা য়ীবদা চৎমগনি।

"মেনসেনথৃগী মমুংতা মী উপাকুম পাপু উকে হাইনা"। বারেঙ অসি থেবরোন্দগীনি।

৭। বাঙ্গলা ময়েক্না ঈবা "কোষ্ঠি লাইরিক্তা" য়াওবা হাইগে। "মিকি লুচিংবা ওঈএ"। "পুঙ মিকুপ"।

৮। "বষাধিকারি কৌবা লাইরিক" য়াওবা হাইগে। "হাঙ, য়িসিঙ, হাসিং, মি মপু, ওঈ, চিঙ, মসিঙ চহি লিসিঙ, লাঈ (দেব)"।

৯। বাঙ্গলা ময়েক্না ঈবা বহি (লাঈরীক মচা) অমদা য়াওবা হাইগে। "মিপু লাৎচৌও, মিসি মিনা চৎকুবো, উচি, সুপিকী রা থোকহৈএ; ইসিং, লাঈ থীপিকনা, করীসুঙ, পুঙ, তৌথীত্না, ফৎত্তা থোঈএ, লাএরিক"।

১০। নোংচুপ হারম ময়াং তেথাওরোন হাহনা কৌবা লাঈরাক বাঙ্গলা ময়েক্না ঈবা অতুদা হকচাঙ্গী 'ঈ' হাইনা দীর্ঘ ঈদা চৎনদে। হ্রস্ব 'ই' দা 'ই' হাইনা হন্ন হন্না ঈদূনা (য়ীদূনা) লৈ। অতুনদি 'ই' (রক্ত) ঈ (তৃণ=ঘাস, খড়) হাইবনি; মৈতৈগী খোস্থোক্তা।

১১। মৈতৈ ময়েক্না য়ীবা "লাঈরীক" অমদা য়াওবা হাইগে। "য়োএপু গোরী" "লাইরিক লইমা" (লৈমা)। 'শ্রীশ্রীজুত'।

১২। থাইনগী রাহৈসিং অসি মূল হন্ন-হন্না ভাব তানা য়েংলগা, "য়ি=ই, মি, সুপি" হাইবগা "য়ী"=ঈ, মী সুপী হাইবগা হ্রস্ব দীর্ঘ-স্বরগী মাত্রা, শাস্ত্রগী হৌনবা য়েংদূনা বিচার তৌগদবা ওঈ। দীর্ঘ স্বরবর্ণতদা অনেম্ব (অরুম্ব) খোল

(১) মৈতৈ ময়েক্তদি চরোই মমৈ হাইবা মযেক অমা লৈ। মাদি অনেম, অরাঙ খোল অনি ওঈ। হাইবদি ইসু, ঈসু অনিমক্কী খোল ওঈ।

লৌবদ্দি বেদগী অঙ্গ তরুক্তা; মৈতৈ খোঙ্গোক্তা. শম্ভুগী মতক্তা অমসুং লোল অতৈগী শাস্ত্রদা য়াওদ্রে। কবিগী ভ্রষ্টু আইন (হুকুম) ওঈনা চৎখিবনি। নং ১৩—১৬ কাওবা হন্ন-হন্না পাবীয়ু।

## স্বর (খোঞ্জেল)।

১৩। চিন্ন ভাঙবা ময়েক্কী খোঞ্জেলবু কণ্ঠ-স্বর কৌয়ী। খুৎনা ঈবা ময়েক্কী খোঞ্জেলবু হস্ত স্বর কৌয়ী। য়ীগা ঈগা অয়াঙবা (অশাঙবা) খোঞ্জেন্দা চপ মান্নে হাইনা ব্রহ্মা, মহাদেব, দেব, ঋষি অমসুং প্রাচীন পণ্ডিতসিংনা লেপখ্রে। খুদমদিঃ— খুবাক ময়ী. কুপা ময়ী। সংস্কৃত ভাষাদা "ঈরম্মণ" (অর্থনা শূন্য)। মৈতৈলোন্দা ঈরন (অর্থনা ঐগী শেল)। চিনগা খুৎকা খোঞ্জেল (খোল) মান্নদ্রবদি ইহলোক্কুনা বানান চুমদে, হয়েংমুক্কী মপোক্কা নীচ জাতিদা পোকই [১]। নীচ [অধম] জাতিদা পোকপগী প্রমাণদিঃ—

"হস্ত-হীনং তু যো যোহধীতে স্বরবর্ণবিবর্জিতম্। ঋগযজুঃ সামভির্দগ্ধো বিযোনিমধিগচ্ছতি"। ইতি পাণিনীয় শিক্ষা ৫৪। অনুবাদ। জো মনুষ্য হস্ত-স্বরসে রহিত তথা [কণ্ঠ] স্বর ঔর বর্ণসে হীন পাঠ করতা হৈ, উসকো ঋক, যজুঃ ঔর সাম নষ্ট করদেতে হৈং অত এব নীচ যোনীমেং উসকা জন্ম হোতা হৈ"। অর্থ। অহুগূবা মি [মনুষ্য] অহুনা খুৎনা

---

[১] দীর্ঘ ঈ, উ বু অনেম্বা [অরুম্বা] খোল লৌহুনা পাবা, হস্তস্বরদগী কণ্ঠ স্বরনা রাৎনা পাঠ তৌবা কৌয়ী। দীর্ঘ হাই-বগী অর্থবু অশাঙবা নত্রগা অয়াঙবা হাইবনি।

ঈবা ময়েকী খোঙেলদগী রাৎনা অমদি ণিম্ন ঙাঙবা ময়েকী খোঙেলগী ময়েক্কগী রাৎনা পাল্লীবা মহাকপু ঋক, যজুঃ অমসুং সাম-বেদসিংনা মাঙনবা ত্তোয়ী; মরম অদুনা অত্তোন-বা (নীচ) যোনিদা মহাকা পোকই হাইরি।

## দোর্ম থীকদকা।

১৩ (ক)। খবর অমসুং চিঠী য়াবদা অচুম অরাল থীকদে। অহেবনস্তু, হৈত্তবনস্তু অনিঙ অনিঙবা পাউ ণিননবা য়াঙ্ক্রনি।

## দোষ থীকম।

১৪। লাঈরীক ঙঈনা ঈরবদি দোষ (অরানবা) কবি মশানা থীকই খোকই। মরমদিঃ—কবি অদুনা য়ীরীবা লাঈরীক অদু তম্নবা অমসুং পাননবা ঈরীবনি। খবরগী মতৌ তক্কদে।

ইমা, ইপা, ইম্ফাল, ইচিন, ইনও হাইবা মতাঙদা অনেম (অরুম) খোল হ্রস্ব "ই" না ওঈ। *। 'ই' মুম কুপ্পবা ই; "ইরোই," ঈবা অসিনচিংবদা অরাঙবা (অয়াঙবা) খোল ওঈ। অদুনদি হ্রস্ব 'ই' না অরুম, অয়াঙবা খোঙেল মখল অনি লোরে। লাইরিক (লায়রিক) কৌগত্র? লাঈরীক কৌগত্রা খঙত্রে। ধর্ম্মনা বিচার তৌরসম।

---

* হ্রস্ব 'ই' না অনেম (অরুম) খোল লৌহনা "ইনাম" শাগৈগী ইবুঙেত্তা, ওইগী শাগৈ, ওইথংবা মুদ অসিনচিংবদা য়ীম্নী। অদুনদি অরাঙবা (অয়াঙবা) খোল্দা দ্রিমাত্র লৌব-দগী ওইগনি হাইবদা ঈবা অচুম্বনি।

## মুর্খ (অপঙবা)

গ্রন্থ কর্ত্তা নঙনা দেশ অমগী মিথোঙ খুদিঙনা "হকচাঙ্গী ঈ, মুপী, তাইবং মী" অসিনচিংবা দীর্ঘ-স্বরবর্ণদা "অরুম্বা রাহৈ" হাইদুনা ইংরেজ সরকারনা পানবা মচিনরাইদগী ছাপা নমদুনা মথঙ মথঙ চহি ৭০ হেম্র চৎন্নরক্লবদা অপঙবা (মুর্খ) উৎননবা থাইনগী মতৌ হকচাঙ্গী 'ই, মুপি, মি' হাইনা হৌ-জিক্কা ইনৌ নৌনা ঈদুনা পূথোক্লক্লিবনো ? হাইগদবা লৈরবদা শেংদোকচরী।

ঈশ্বরগী কৃপা, শাস্ত্রগী বচন অমসুং পণ্ডিতকী জ্ঞান হাইবা অসিদি অমোঘনি। মিথোঙ খুদিঙনা ওঈবা নত্তে।

থাইনগী অহৈবা পণ্ডিতসিংনা ময়েক্কী খোম্থোক খঙনা, চপচানা য়ীরম্লববু হেক হোংদোকপা হাইবসি খন্দুনা য়েংলবদি "অশৈবা" (="অশোয়বা") ঙাক্তা খোরকই হাইদুনা প্রাচীন (অরিবা) মত পূথোকচবনি, মুর্খমক্তি ওঈরোঈ।

### বানান ওম্ফোকপদগী ঙকপা।

অহানবদা লৈবাক্তা হৌবা "পাম্বি," (উদ্ভিদ), "লম্বি" (রাস্তা) হাইনা লৈরম্বদগী "পাম্বী," 'লম্বী' হাইনা ওননা ঈরকপদা অহানবদদি চুম্লমাল্লে থনবা য়াঈ। ত্তৌঈগুম্বসুং শ্রীঅপাম্বী দেবী, লং শম-লম্বী শ্রীতোম্বী হাইনা স্ত্রীলিঙ্গগী শব্দ ঈরকপদা পাম্বীগা পাম্বীগা অমসুং লম্বীগা লম্বীগা খোঞ্জেল মানরে, লিঙ্গসু পামফম খঙত্রে অঙকপা ওউরে। মরম অসি উবদগী অরিবা মত পূথোকপনি। 'লম্বী', 'লম্বা'গী অর্থ,—অশাঙবী।

শ্রীঅপাম্বী দেবীগী হৈনৌ পাখি অমসুং লং শম-লম্বী তোম্বী দেবী লম্বি চৎলি হাইরবদি বানানগী অচুম্বা খণ্ডলে।
ময়েক্কী (অক্ষরগী) খোঞ্জেল অমসুং শাগৈগী মৈহৌবরোল (বংশাবলী) হাইবসি অরিবা লাঈরীক্কী লৌথোকপা নত্তনা চুম্ব হৌনদে।

অরিবনি হাইদুনসু প্রমাণ অমসুং উপমান চানত্রবদি লৌরোই। হৈত্তবনা য়ীরম্বনি।

মুমখোঙ খুদিঙ্গী নহারোল খুদিঙনা "লাঈরীক" তম্লরবা অমসুং থাইনগী অরিবা অমুক্তং উঙগে ফংত্রদ। লাঈরীকসিদী য়াহৈ, রারেঙদি মপুঙফানা খোয়ক্লে। অচুম্নদি ওঈরবদা হ্রস্ব ই, উ,-দীর্ঘ ঈ, উ অমসুং মখোই মরিনা তপ্পগী খোন্দি চপ চাবা খোয়ক্ত্রী। অনিঙবা য়ীবনা অচুম্বা ওঈরী।

থাইনগী মতৌ [মত] মাঙদনবা। থাইনদগী চথরক্লিবা হ্রস্ব স্বরবর্ণনা অনেম্বা খোঞ্জেল [খোল] ওঈবা লাঈগী খুং-শেম অতুবু মাঙদনবা উপায়কৃত-তত্ত্ব, শব্দনির্ণয় মঞ্জরী, খোঙ্গোক্কী মখল পুখোকপা অমসুং হৃমগী মখঙ হাইবা লাঈরীক মখল মরি অসি লুপা লিসিঙ অমা মথাই হেন্ন-চঙনা দান পুস্তক ওঈননবা ঈজৈ। অহানবদা কয়া কচ্চথে। হৌ-জিকসু লৈরীবা মখৈ কচ্চগনি লৌথিরবা য়াম্না পামজৈ। ঐসু ওম্নীবা মখৈ স্কুলনচিংবদা পুদুনা কচ্চগনি মমল লৌজরোঈ।

শব্দনির্ণয় মঞ্জরীদি অভিধানগী মতৌ ওঈনা মৈতৈলোন্দ ঈবদা চুম্নবা স্বর ময়েক পুরমক্কী অমসুং অনুস্বার, বিসর্গগী

খোঙ্থোক শূনা ঈজরবনি। ছাপাগী ভ্রৎনা ওয়বা কয়া ম্লাওরে, চাংনবা খুৎইদা য়েংবীয়ু।

অনুস্বারগী মখল অয়াম্বা (১)।

সংস্কৃত, হিন্দী, বাঙ্গলা ভাষাদদি অনুস্বার তপ্পা অসি হ্রস্ব, দীর্ঘ, প্লুত-স্বরগী উচ্চারণ মতুঙ ঈনা চপ চানৈ। রবিং, দেবীং, ঐং।

মৈতৈলোন্দদি মথক্তা হাইরিবা লোলসিং অসিদগী খোঙ্থাং অমা (মাত্রা অমা) নেমথবনে অমসুং অ, আ, এ, ঐ, ও, ঔ মখোই তরুক অসিনা অনেম, অরাঙ খোঙ্থোক অনি, অনি ওইবনে, ইংরেজ সরকারনা পাম্লবদা ছাপা নম্লিবদা হ্রস্ব ই, উ গা দীর্ঘ ঈ, ঊ গা থাইনদগী চথরকপা খোঙ্থোক ওনখীবনে, অসিনা অনুস্বারগী অরেপ্প খোল লেপ্প ঙমদে। অনিঙ, অনিঙবনা অচুম্বা ওইরী। মাহুদিঃ—শিংজমৈ, মৈ থানবা শীং।

থাইনগী য়াম্না হৈবা পণ্ডিতনা মহাদেবগী মতো (মত) মতুঙ য়ীনা অনেম্বা খোঙ্দা ঙ-প্রচেৎ (ঙ-প্রসাত্ত), অরাঙবা খোঙ্দা অনুস্বার শিজিন্নদুনা মরেক্তা খোঙ্থোকা চপ চানৈ।

অনেম্বা খোল চৎপা কাঙবুদি, মথক্তা হাইখিবা "ঙ, ঙ" নচিংবা তরুক্কী অরেম্বা খোল, হ্রস্ব ইকার, হ্রস্ব উকার তপ্পা মরেকশীংবু কৌঈ।

অরাঙবা খোল চৎপা কাঙবুদি, মথক্তা হাইখিবা

---

(১) অনুস্বারগী খোঙ্জেলবু "নাদ=গর্জন" (ওংবা) কৌঈ। খোকয়দি নাঙ্কোনি।

"অ, আ" নচীংবা তরুক্কী অরাঙবা খোল অমসুং দীর্ঘ ঈকার, দীর্ঘ উকার তপ্পা ময়েকসীংবু কৌঈ।

মৈতৈ ময়েক্কুদি দীর্ঘ ঈকারগা অনুস্বারগা থাদোক্লদে।

## অনেম, অরাঙ খোলগী উদাহরণঃ--

| ঙ্‌গী | অনুস্বারগী |
|---|---|
| অনেম খোল। | অরাঙব খোল। |
| কঙ্। কঙ্না? | কং। কংলা। |
| খঙই। পঙই। | খংঈ। কংঈ। |
| কাঙ। মাঙলে। | কাং। মাংলে। |
| চিঙ, চিঙজা, চজিঙ। | চীংবা, ঙাচীং, রাংজীং। |
| শিঙজমৈ, শিঙ। | শীং-পান্থি। কশীং। |
| পুঙ, পুঙয়ৈবা। | পুংফাঈ (নাপি জাৎ অমা)। |
| চেঙ তাঙলে। | চেংবা কুম্লে। |
| ঙা হোঙলে। | ফম হোংলে। |

ইসিঙ মাইসিঙ। ঈহৈ ঈশীং অসিনচীংবা।

সংস্কৃত, বাঙ্গলা ভাষানচীংবদি ঙ্‌গা অনুস্বারগা খোল থাগ্নে। মাহুদিঃ—

কং + কণ = কঙ্কণ (খুজি)।

ঁ (চন্দ্রবিন্দু)।

অনুস্বারগী তঙ্খাঈ অমতা উচ্চারণ তৌবা থা-মচেৎ মানবা ময়েক্কী মমিঙ অর্দ্ধচন্দ্রবিন্দু অমসুং চন্দ্রবিন্দু কৌঈ। মাহুদিঃ— চাঁদ, বাঁশী অসিনচীংবা।

## পরমত (অতোপপগী মতৌ)।

মৈতৈলোন্দা লূচিংবা, অসিনমিংবদা য়াওরিবা "চিং" অসি সংস্কৃত, বাঙ্গলানচিংবা ভাষাগী খোন্থে ক্রি। "রুচিং (অজ্ঞানববু) শুচিং (ব্রাহ্মণবু) হাইবগী "চিং"গা খোন্থেল মাম্নৈ। হ্রস্বদগী মাত্রা অমা হেন্না শাংনা, হাইবদি কূঈনা চৌংদূনা উচ্চারণ তৌবা, অনুস্বার তপ্পা, দীর্ঘ ঈকার তপ্পা 'চীং'গী উদাহরণদি:—"শ্রীশচীং" (স্বরারেনগী পত্নীবু), 'সূচীং' (য়েত্তুম্বু) অসিননচিংবা।

মৈতৈলোন্দি সংস্কৃতনচিংবা লোলগা খোন্থোক মান্নদবনা সংস্কৃত, হিন্দী, বাঙ্গলানচিংবগী মত লৌবা য়াদে, শোইনৈ। মৈতৈলোলগী 'চীং' গা সংস্কৃতনচিংবগী 'চিং'গা খোল মান্নৈ।

## চুম্ব শুমদবা।

মণিপুর সনা লৈবাক্তা ভগবান শ্রীবিষ্ণুনা মাগী লীলাবু পূখোক্লগে নিঙবদগী বাঙ্গলা ময়েক্না মৈতৈ ময়েকপু শক্তি হেনগৎহন্দুনা বাঙ্গলা ময়েক চৎনবদগী ঙ-হন্সান্থনা অনেম্বা খোলদা ওঈরম্মহু খর য়াম্না থাদোক্তুনা (তোক্তুনা) অনু-স্বারতনা অনেম, অরাঙ খোন্থোক অনি লৌরে। বাঙ্গলা ময়েক চৎনদুনম্ব হ্রস্ব, দীর্ঘ স্বরবর্ণগী অনেম. অরাঙ অমস্তুং ব্যঞ্জন ময়েক্কী অয়াঙ, অরুম খোন্থোক চপ্চানা পূখোকপদি (ঈবদিশু) য়াম্না হৈবা পণ্ডিত খরতা ওঈথীবদগী, লাঈরীক তম্ফমশঙ শাদুনা পুম তমদবদগী, ছাপা নম লাঈরীক নত্ত-বদগী, হৈবা রাৎপনি অমস্তুং খ-র খরতা মহৈবা মি ময়াম্না

অনিগু অনিঙবা বানান ঈথীবদগী বানানগী মরূপ্পা নিয়ম নাঈদবগুম তৌগ্নে। করী অসূক হাইগনি, স্বর ময়েক্কী হ্রস্ব দার্ঘদি থম্লহুনা ব্যঞ্জন মযেক্কী অযাঙ, অরূম কাওবা থোঈ-দোক্লা নিয়ম থীদে; রাহৈ মপুঙ ফাননবা অমস্তুং লাঈরীক মপুঙ ফাহুনা লোঈননবতা মম্নি। হাইরিবসি থাইমগী অরিবা লাঈরীক ময়াম উরগা থজনি। ছাপা নমথিভৈদগী ব্যঞ্জন ময়েক্কী অয়াঙ, অরুমদি চুমখে। অহুগা ই, ঈ, উ, ঊ গী মৈতৈ থোম্মোক অচাবদি লেপ্পা ঙমদ্রী। অনিঙবনা অচুম্বা ওঈরী। থোঞ্জেল রাজদবা দীর্ঘ ঈ, ঊ দা অনেম্বা (অরুম্বা) থোল লৌরি, চুমদ্রী।

## *অনুস্বারগী চানবা থোল।*

অনুস্বারনা অনেম্ব থোল লৌবসি হ্রস্ব ই, উ অমস্তুং মথোই অনিনা তপ্পা ময়েক্কী মথাদা লৈরগা চপ চানৈ। মাহুদিঃ— "ইসিং" (ইশিং) অইংবা, চিং অচৌবা। পৈশা উংবি। নুং অরুম্বা, পুং অহৌবা অসিনচীংবা। (১)।

অনুস্বারনা দীর্ঘ ঈ, ঊ অমস্তুং মথোই অনিনা তপ্পা ময়েক্কী মথাদা লৈরবদা অরাঙবা থোল চপ চানৈ। মাহুদিঃ— ঈংথোল অচৌবা, নূচীংবা মি, অসিনচীংবা, লৌশীং শীংবা, খুলাঈনা ঊংলে, পূংফাঈ নাপি, হুংশাশোর হোল্লীবমথৈ থরাই হীংলী অসিনচীংবা।

(১) গ্রন্থকর্তা ওঈরীবা ঐস্ন মিগী মতৌ তমজহুনা 'অসিন চিংব-দা' 'চিং' শিজিন্নরি। মা'সি অহান্নবনি, চীং হাইগদবনি মৈতৈ-লোন্দদি, খুদমদিঃ—ফুনানচিংনা (চিঙনা) চীংবা মনিপুরদা লৈ।

### ং গী অরেপ্পা খোল খণ্ডবা।

মৈতৈলোন্দা ময়েক চপ মান্নবা রাইনা অর্থ তোঙান তোঙান পুথোকপদা অনুস্বারতনা অনেম, অরাঙ খোম্হোক অনি লৌবা অরেপ্পা নত্তে, গৌননি। মথক অমস্তুং মথাগী রাহৈ লৈত্রবদি খণ্ডে। মাত্রুদিঃ— ইং. কাং, হোংলে, তাংলে অসিনচীংবদা থক-থাগী রাহৈ লৈতবনা হাইকম খণ্ডে।

### অনুস্বারগী অনেম অরাঙ।

| অনেম্বা খোল। | অরাঙবা খোল। |
|---|---|
| ইংনা শক ফজে। | ইং শক ১৯৬১। |
| কাং= অর্থ তিলম মথল অমা। | কাং= অর্থ রথ। |
| হোংলে= " মমল তারে। | হোংলে=" ফম হোংলে। |
| তাংলে= " মমল হেল্লে। | তাংলে=" মিঙোন্দা তাংলে অসি- |

নচিংবা। ঈংনা শক ফজে হাইরবদি গৌণনি চুমদে।

### ঙ, ং গী সিদ্ধান্ত (লেপফম)।

মৈতৈলোন্দা থাইনগী অহৈবা পণ্ডিতসিংনা ঙ হসান্তনা অনেম্বা খোল; অনুস্বারনা অরাঙবা খোল লৌরনা য়ীরম্বনা অচুম্বা ওঈরে। মাত্রুদিঃ— কাঙ চিক্লে, কাং চীংলে, চিঙ কিম্বরে। ঙা হোঙলে। ফম হোংলে চিঙ, চিং বিভাষাবা অচুম্বনি। হিমাদ্রাদা চীং (পর্ব্বত) হাইবা মহাদেবগী অমস্তুং থাইনগী অহৈবা পণ্ডিতকী মত নত্তে। (১)।

(১) 'বিভাষা' হাইবদি অনিথোক্কা হাইবনি। চিঙ, চিং অর্থ অমতনি (পর্ব্বত) "বাক্ হরিঃ"না 'বাগ্ ঘরি; বাগ্হরিঃ ওইমগুম্বনি।

অনৌবা মত ওঈনা চৎপনি। চূমথোকপা য়াঈ। উ অসি চিঙদোন্দগী (চিংদোন্দগী) চীংথয়কপনি।

## *গ্রন্থকর্ত্তাদা দিব্য জ্ঞান পিবা।*

ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বরগী মশক ওঈরবা সনাখোংনাংনা স্বয়ং শুমাঙদা হৌবিরগা থাইনগী, হৌজিক্কা অমসুং মতুঙী বানানগী মরম পুন্নমক খঙনববা, দিব্য জ্ঞান পিবিরগা খোংনাং পণ্ডিত, শব্দ শিরোরত্ননা লৈপাক প্রজাগী বানানগী খোল্লোক মতেঙ ওঈননবা "য়ীজৈ" = ঈজৈ।

ইতি পরিশিষ্টঃ সমাপ্তঃ।

---

## *প্রার্থনা ( হাইজবা )। অনৌবা*

নিয়ম অসি নত্তনা ব্রহ্মা অমসুং মহাদেবনা (১) শেম্নবা হ্রস্ব ই, উ না অনেম্বা (অরুম্বা), মাত্রা অনিনা ওঈবা দীর্ঘ ঈ, ঊ না অরাঙবা অমসুং মাত্রা অহুম্না ওঈবা প্লুত স্বর-বর্ণনা হেম রাংবা ( য়াম্না রাংবা ) খোজেন্দা ওঈবা মত হঞ্জীন্নবা অমসুং থাঈনগী অচুম্বা নিয়ম মাঙদনবা ঈজবনি। লৈবাক্কী ভদ্রলোক ভদ্রমহিলাসীংনা মিৎয়েং চীংশীনবিরগা হৃদ্‌গুহাদা হাপ্লিউ। নং ৭৩গী "৭ টি" য়েংবীউ।

---

(১) ব্রহ্মনা খোঞ্জেলগা লোংইননা ময়েক পুন্নমক শৌরীদা অমসুং মহাদেবনা চিন্না ঙাঙলিবা ময়েক পুন্নমক খোঞ্জেলগা চপ চানা পত্রদ ঈহনা থনমই। ব্রহ্মশিবৌ যেন গতঃ স পন্থাঃ। নান্যথা।

# প্রসংশা পত্র।

১। শ্রীযুক্ত খোংনাং পণ্ডিত জয়-পত্র নংনা স্বজাতিগা বিজা-ত্তিগা য়েক অমসুং য়াহৈগী খোম্লোক অনেম, অরাও খেন্নবা-খাইদোক্লগা, বিজাতিসিংগী শাস্ত্রগী উচ্চারণ মতৌনা হ্রস্ব স্বরদা অত্তেনবা, দীর্ঘ-স্বরদা অশাঙবা হাইগনি হাইরিবা অমসুং মৈতৈলোন্দদি হ্রস্ব-স্বরনা খোল মখৈ নেমথনা (লুম-থনা) অমসুং দীর্ঘ স্বরবর্ণনা খোল মখৈ য়াংথৎনা উচ্চারণ তৌগনি হাইবসি অরেপ্পা অচুম্বনি। দীর্ঘ স্বরনা (ঈ, ঊ না) খোল মখৈ লুমথরকপা হৌনদে, শাস্ত্রসিংদা প্রমাণ লৈতে। দীর্ঘ ঈ, ঊ না খোল মখৈ য়াংবগী প্রমাণদি লৈ। মাহুদিঃ—শ্রীমতী খোঈবী দেবী অসিনি।

২। পাঁজী নওনা থাইনগী লাইওঈরবা পণ্ডিতসিংগী মতৌ লৌদুনা হচাঙ্গী "ই" (য়ক্ত), নিপা, হুপি তাঈবং মি, উচি, হাই, হাইরি, ভুরি, ইপু (পিতামহ) লম্বি অসিনচিংবা ঈরীবসে মৈতৈ খোম্লোক্তা চপ চারবা হ্রস্ব স্বরবর্ণগী খোম্লোক্নি। নওনা শেম্বা বানান মখেঃ থাইনগী পণ্ডিতসিংনা ঈরম্বা তাক্তনি। মওদি নকল তৌজবত্তনি। হ্রস্ব স্বরবর্ণগী অনেম্বা (অকম্বা) খোল অদিগা মান্নদবা মখৈ দীর্ঘ স্বরবর্ণগী খোনি থওনরে।

৩। শাস্ত্রী মরমদদি নওনা হাইবা, ঈরা ঐনা য়াম্না থাবে। নওদি শিক্ষানচিংবা শ্রেণী অমা তরক নগা ইংনর ভমজুর-বনি। অহুগা আসাম কেন্দ্রদা সংস্কৃত শাস্ত্রী পরীক্ষা য়াও-হুনা পাণিনীয় ব্যাকরণ, মুগ্ধবোধ, কাব্যগী আদ্য পরীক্ষা ওয়বা; সারস্বত ব্যাকরণসু আদ্য, মধ্য পাশ তৌরগা শাস্ত্রীদা কেন্দ্র ওইবনি। কেন্দ্রক ওইরবসু শাস্ত্রীগী হৌরবা শাস্ত্র মথানদি হৈননবা ভম্ববনি। পাঁজীগী থবক চৌন্দুনা ঔরাইবা লংদবনা কেন্দ্র ওইরনি, নবুদ্ধ রাংপা নত্তে। অহুগা নওদি থাইনগী মৈতৈলোনগী খুংলাইসু য়াম্না লৈবা মিনি।

৪। জ্যোতিষ শাস্ত্রদা লৈবাক অমসুং নিংথৌনা নতিক য়েংদুনা পদবীগী নাম জ্যোতিষ শিরোমণি, চন্দ্রসিদ্ধান্তচিংবা ৬। ৭ খোনবীরী। নিংথৌনা জয়পত্র পিবিরি!

৫। নওনা ঈরীবা লাঈরীক অসে, মৈতৈ জাতিগী খোম্হোক খওনা, থাইনগী অহৈবা পণ্ডিতসিঙ্গী নিয়ম জৌহুনা হ্রস্ব, দীর্ঘ, প্লুত খোম্হোক চানা ঈবদগী লাঈসিংমক্সু য়াবীরগনি হাইনা খঞ্জরে।

জ্ঞান লৈবসিংনা মৈতৈলোনগী বানানগী প্রদীপ ওইরসহু। ইতি তাং ১১। ১। ৬২ ইং।

শ্রীল শ্রীপুয়ার তোমেজাউ সিংহ লাইরিক হাইপা। চহি ৮৫ ওয়াইখোম বাবাজি লৈকাই।

শ্রীযুক্ত পাঁজী মচা নওনা হ্রস্ব-স্বরবর্ণদা লুপি অমসুং মি (মনুষ্য) হাইরিবসে অচুম্বনি। ঐগী বহীদসু য়াওরিবা মফেক্কি।

থুদমদিঃ— "গ্রহ ৯ মককি রা হাইগে"। "মি অতুগী মপোক্তগী হৌনা চহি মসিং থিয়ো। নিপানা য়েৎলম"। হুপিনা ওই-রম য়েংও" অসিনচিংবা।

মণিপুর লৈপাক্কী শাস্ত্র হৈবগী মরক্তা খনগৎপা য়াওরবা শ্রীল শ্রীযুক্ত পণ্ডিত, অক্তা অরিবম উপুসনা শর্ম্মানা 'যো-নরঃ' হাইবা শব্দ অনি অসিগী অর্থ তৌবদা "অতুগুম্বা মিনা", হাই। ইতি তাং ১৮। ১। ৬২ ইং।

শ্রীযুক্ত "মাইবম তেম্বা সিংহ লাইরিক হাইবা, সরাং-থেম লৈকাই। চহি ৯৩।

## অকথিতং (হাইহৌদবা)।

### লাইরিক অমসুং লাঈরীক।

শকাব্দ ১৮১২ (খৃষ্টাব্দ ১৮৯০) গী মথক্তা য়ীরম্বা 'লাই-রিক, লাঈরিক, লাঈরীক অমসুং লাএরিক' হাইনা কবি অমমমগীনানা মত পুথোক্লম্লে। "পরিশিষ্টগী শীন্দোকপা (নকল")
হাইবা মতাঙদা য়েংউ। (১)

"লাইরিক" হাইবা রাহৈ অসিনা মিথোঙ্খ্ দিঙনা চৎনরি।

(১) মৈতৈ ময়েক্তা হ্রস্ব ইগী অনেম্ব খোল অমসুং দীর্ঘঈগী অরাঙবখোল পুবা চয়োই মমৈ হাইনা কৌবা ময়েক অমা লৈ। মানা 'লা' গী মথাদা লৈরগা লাই(=লায়), লাঈ অসিনচীংবা খোম্থোক মথল অনি ওঈ। লাইরবা, লাঈবকথিবা।

মাসি চৎনথীবনা কল্লি হাইবতুনি। মাত্রা (শরুক) অমতা থাইবা, অনেম খোল ওঈবা, 'ই' অমসুং ইকারগী খোস্লেকী নিয়মদি নত্তে। হিন্দী, সংস্কৃত, ইংরেজগী খোস্লোক লৌরবক্তি (তাংলবদি) চপ চানে। খোস্লোক লৌত্রবদি (তাংত্রবদি) চানদে।

কণ্ঠ স্বরগা হ্রস্বস্বরগা চপ মান্নবা, মিমাত্রাগী অরাওবা (অশাওবা) খোন্দা নিয়ম কাইদবা হাইরবদি "লাঈরীক" হাইবা রাহৈ অসিনা অরেপ্পা অচুম্বা খোকই হাইদুনা 'লাঈরীক' হাইনা ঈংস্বা, পণ্ডিতকী মত ঐনা লৌজরি।

মিথোঙ থুদিঙ হিন্দী '(হিন্দি', ইতি কোষে) ভাষা হৈরবা মতম্নি। হিন্দী ভাষা ব্যাকরণদা "তদ্ধিত"কী, ভাব বাচক 'আঈ' অমসুং 'ঈ' প্রত্যয়গী খোঞ্জেল নিঙশিঙলগা 'লাঈরীক' হাইবা রাহৈ অসিগী অচুম্বা খঙদবা ওঈ।

ল্+আঈ=লাঈ, র্+ঈ+ক্=রীক=লাঈরীক।

## য়, অমসুং ই।

বাঙ্গলা ভাষাদা অন্তঃস্থ 'য়্' হস্যাস্তগা হ্রস্ব 'ই'গা খোঞ্জেলনা, অনেম, অরাঙ (অরুম, অয়াঙ) চপ মান্নে। উচ্চারণ কালদা 'ই' না মাত্রা মথাই অমতদি শাংদোকই। অদুগা ক্রিয়া বিভক্তিগী পুরুষতদি তোঙানবা কোঙদোকই। যথা, 'সে যায়'। 'আমি যাই'। 'সে হয়'। 'আমি হই'। প্রাকৃত অমসুং বাঙ্গলা ভাষাদা "নয়, নাই" (১)।

(১)। 'নয়' অমসুং 'নাই' হাইবা শব্দ অসিগী অর্থদি নত্তে হাইবনি। কোথনা 'নায়'শব্দগী অর্থ "নয়" হাইবগী অর্থ তৌরগা অতৈ পর্য্যায়সু তৌরী।

মৈতৈলোন্দগী য়্গা ইগা খোঞ্জেল অমতা ওঈগনি। ঈনা মাত্রা মখাই অমতদি উচ্চারণ কালদা শাংদোকনি। অরুম, অয়াঙদি (অনেম, অরাঙদি) খেন্নদে। মাতুদিঃ— মানা হায়, ঐনা হাই। লায়রিক=লাইরিক। বাঙ্গলা ভা-ষাদগী মৈতৈলোন্না খোন্থাং অমা নেমথবনা ময়েক অমমুং। য়াহৈ মাম্নহুনস্থ খোন্থোক অমমুং অর্থ মায়দে।

ব্যঞ্জনবর্ণগী মাত্রা মখাই অমতা ওঈবা "য়্"গা মাত্রা অমা ওঈবা 'ই'গা অনেম্বা (অরুম্বা) খোন্দা বিকল্প ওঈনা থম্নগা মাত্রা অনি ওঈবা 'ঈ'না অরাঙবা (অয়াঙবা) খোন্দা থম্বা মহাদেবগী মত, শাস্ত্রগী নিয়ম অচুম্বা ওঈ। নাকোংনা তায়=তাই। কৌ তাঈ। অরেপ্প (নিত্য) পক্ষদা ঐখোই, নখোই, মখোই। বিকল্প পক্ষদা ঐখোয়, নখোয়, মখোয় অসিনচীংবা অসিনি।

---

মণিপুর লৈবাক্তী মতিক মগুণ চাউরবা (চাওরবা), জ্ঞানী ওঈরবা, ওঈরবী ভদ্রলোক, ভদ্রমহিলাসীংগী লম্বি (রাস্তা) ওঈননবা অমমুং নৌনা হৌরক্লীবা, হৌরকদবা ছাত্র, ছাত্রী পুম্নমক্কী মৈতৈলোলগী বাননগী মরমদা হ্রস্ব-দীর্ঘ, প্লুত স্বর-বর্ণগী মাত্রা কাইদনা (কায়দনা) খঙনমবা ইরোল অমমুং লি-য়োলগী লাঈরীক মথল মখা অয়াম্বদগী লৌথোক্লুনা ধর্ম্মগী মমাঙদা, সত্যগী লম্বিদা পুণ্য ফলবু নিঙশিঙহুনা ঈশ্বরদি মতাঙ অসিদা লোঈজরে। (১)।

ইতি পরিপূর্ণঃ।

(১)। থাইনগী ওঙ্গৈরষস্থ, হৌজিক কালগী অনৌবা ওঙ্গৈরবস্থু ব্লাহৈসীংদা মাত্রাগা খোঞ্জেলগা চানদবদা হাইবদি পেবেৎকী ব্লারী লিবিয়্ন হাইনা [হায়না] ঙ্গৈরষদা "ব্লারি লিবিয়্ন" হাইনা শেমদোকপদা মহাদেব অমস্তুং সরস্বতী দেবীনা পেনবিগনি। মাত্রাগা খোঞ্জেলগা চানত্রবদি শেমদোকপা পুণ্যগী পস্থনি। ই, উ না নেস্থ, ঈ, ঊ না খোঞ্জেল ব্লাংবা [শাংবা] পুণ্যগী মার্গনি।

ইতি টীকা সমাপ্তা।